# উৎসর্গ

ঐবু তাকপি তম্বিবা
ওঝা গুরুগী চরনদা
নোঙ্লুক্কা ভক্তি থোজরি ;
অতুগী মতুং তারদা
শ্রীরাধা গোবিন্দগী
চরণ পাদ-কমলদা
করি খঙজদনা ইজবা
"ভক্তরাজ প্রহ্লাদ শৈরেং"
থম্মোয় শেংনা কচ্ছরি।

কচ্ছরিবা :—
তোনম্বা সিংহ




শ্রীপ্রহ্লাদ চরিত্র ভাগবতসে শ্রীমদ্ভাবদতা
শ্রীশুকদেবগোস্বামীনা গঙ্গা মপান্দা
পরিক্ষিত নিংথৌদা লিদুনা তাহনখি।
মহাভারত্তা মার্কণ্ড মুনিনা লীরগা
কাম্যবন্দা যুধিষ্ঠীর মহারাজনা তাখি:
ভক্তমালা গ্রন্থদা বাবাজী লালদাসনা
বৈষ্ণবশিংদা লীরগা তাহনখি।
অসিগুম্বা মহাভক্ত অসিগী চরিতপু
তোল্লবা করি খংজ্রবা ঐহাক্না
ইতিক ইপা চাদনা ইমালোন্দা লেংথোকপা
মমিং তাংবনা য়েংনিংবনি. মখোং ত্তেকপনা চৎনিংবনি
অশোয় অণ্ডাম যাওরম্বা বাক্যদোষ য়াওরম্বা থিবিক
পাবিরিবা তাবিরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা ঙাকপিগনি।

# প্রকাশকী ৱারোল খরা

"ভক্তরাজ প্রহ্লাদ শৈরেং" কৌবা লাইরিক মহা সময়গী মফমদা ছাপা তৌরবা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকবা ঙমজবা অসিদা এনা য়াম্না নুংঙাইবা ফোংদোকচরি। লাইরিক অসি ইনবগী থৌইনশিন্দি শ্রীনাওরেম নবঘন সিংহনা পীবিখিবনি। ঐখোয়গী পাজীবু অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক খরা মপুংপুরা লোন্দা ইথোকহনবদা থোইদোক্না কান্নগনি হায়বসি ভদ্রলোক অসিনা নোংমা ঐঙোন্দা ৱারী তৌবিখি। ৱাফম অসি ঐনা হাম্নানা ইখনমক খন্দবদি নত্তে, অদুবু ভক্তরাজ শ্রীপ্রহ্লাদমক্কী শৈরেং নত্রগা ৱারীগী মরমদদি ঐগী পেংইদোবপা ৱাখল লৈরমদে। মরম অদুনা শ্রীনবঘন সিংহ মশামক্কা ইহনবা লাইরিক্কি হায়বদা থোইনা লাল্লোই।

মথংদা লাইরিক অসি ঐখোয়গী পাজীনা ইরবা মতুংদা ছন্দগী ৱাহৈ কায়দনা ঐগী ইনাও শ্রীযোগেন্দ্রজীৎনা কন্না হোৎনখি। মমৈথদা ইশামক্কা ছাপা তৌদুনা লাইরিক ওইনা পুথোকপা য়ানবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি ছন্দগী পরেং শেমদোক শেমজিন কয়ামরুম তৌখি। মতৌ অসুম্না মী অনি অদুম চংদুনা শেমদোক-শেমজিন কয়ারক তৌরবসু ঐখোয়না পুথোকচরিবা শৈরেং অসি অরাংবা মখলগীনি হায়নবগী ঐখোয়গী অধিকার লৈজদে। কবিতাগী পরিভাষাগী ডংথৈসু লোইবা লৈতে।

"রসাত্মক ব্যাক্যং কাব্যম।" অসুম্না চাওনা পীরিবা সাহিত্য ক্ষেত্রগী পরিভাষাগী মতুংদা "ভক্তাত্মক প্রকাশন শৈরেং" শরুক থরা শোক্লবা হায়বসু থওজদে; অমরোমদা অমুক কবিতাদিং "সত্যং শিবম সুন্দরম" হায়রিবনি মসিগী অঙাংগা কয়া চাউনা শৈরেং অসিদা য়াওরবা মতুংসু থওজদে। পাথিরিবা অমসুং ভাবিরিবা ভাবোকশিংন রসাদন তৌকিসু ১সুং হরি ভক্তি গুণ গাননি থনবিয়ু।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোংনবনা মথাক্তা কয়া লৌথিরিবা গীতা প্রেসকা শ্রীওইনাম মঙ্গী সিংহ অমসুং অতৈ কম্পোজি-টরশিংগী মতমদা ঐনা তৌবিয়ু উৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিগী অধ্যায় থরদা 'হিরণ্য কশিপু' হায়গদবদা 'হরিয় কসিপু' হায়না ছাপা তৌখিনা য়াওখ্রে; 'হিরণ্যাক্ষ' গী মহুত্তা 'হিরন্যক' অসুম্না ছাপা তৌখ্রে। অসিদা নত্তনা অতৈ লানথোক-লানশিন কয়া য়াওরম্মসু য়াই। পাঠকশিংনা পুন্নমক মাফ তৌবিয়ু।

ইম্ফাল

তাং ১৩। ১২। ৬৬ ইং

কান্দা সিংহ

# হিরম লামায়

হীরম— লামায়


১। ব্রাহ্মণগী অভিশাপ .... ১

২। হিরণ্যাক্ষ-হিরণ্যকশিপু পোকপা অমসুং...
হরিগা য়েন্নবা ওইবা ... ৪

৩। ভক্তরাজ প্রহ্লাদ পোকপা .... ১৬

৪। প্রহ্লাদগী হরি ভক্তি .... ২২

৫। প্রহ্লাদ হাৎনবা শিনবা ... ৫১

৬। হিরণ্যকশিপু লানবিবা ... ৮৭

# ভক্তরাজ প্রহ্লাদ শৈরেং



## ব্রাহ্মণগী অভিশাপ

"অগ্নিদগ্ধং পুনর্শাখা জলদগ্ধং তথৈবচ।
ব্রাহ্মণস্য মনোদগ্ধং নর্শাখানচ পল্লবং॥"

"লক্ষ্মী পীয়ু থোংঙাকপা
নারায়ন দর্শন ফংজগে।"
"চংবা য়ারোই কনানু
দর্শন য়ারোই হনঞ্জো।"
জয় বিজয় থোংঙাকপা
মচিন মনাও অনিনী
অতোনবা য়াহৈ ভাবদা
কৃষ্ণ দর্শন তোগে লাকপা
ব্রহ্মাগী মচা মরিমক—
সনক সনন্দ সনকুমার সনাতন
শাওবনা লুতোন কাথরে।
বজ্রগুম্না কর্মবা রাভাংলা
অভিশাপ তৌরক্লে থিললা —
"ব্রাহ্মণবু বলা তৌদুনা

হরি দর্শন কায়হনবা
মীওইবগী মচৎনি
অতোনবা শাজৎনি,
মালেমদা মীওইনা পোক্তুনা
মীগী মচৎ চৎলুহে ।"
মচিন মনাও অনিনা
বজ্র রাঙাং'দু তাবদা
হক্‌চাং তনিক তনিকই
রাবগী পন্দোম লৈতরে ।
ব্রহ্মণ শাপপু ফংলবা
জয় বিজয় অনিনা
সনাকিগে থোন্দুনা
বৈকুণ্ঠগী লৈতেং ওইরিবা
শ্রীনারায়নগী মনাক্তা
তফিং তফিং লাকলমই ;
হঙ্গৎচরৈ মবুংঙোদা—
"ব্রাহ্মণ অভিশাপ কোকপিয়
অপরাধ থিবিক ভাক'পিয়ু ।"
'করি তৌরে কমদোরে'
হংবিরক্লে তপ্না মনাইদা ।
থোদোকপুমবা লীজররে অনিনা
রারোন পুমবা তারবদা

তাকপিরক্লে মনাইশিংদা—
"ব্রাহ্মণ হায়বা অহুদি
গুণ চামা হেল্লি ঐঙোন্দ'সু ;
ব্রাহ্মণ শাপ কোক্লবা
উপায় অতে লৈতেয়ে।'
রাহৈ অসি তাবদা
কিবনা তনিক তনিক্লবা
জয় বিজয় অনিনা
"করম্বা কান্দা কোকনি॥
থোজানবিয় ননাইবু।"
অমুক তল্লা হঙ্গৎচৈ
শ্রীনারায়ননা মনাই 'রাবা উবদা
থেমজনবা রাহৈ কয়াবা
মবুক ফারকই অনিবু—
"মরু মাঙত্রিবা পাম্বিদা
খামবী মৈনা চাকথ্রসু
অমুক য়েল্লিং চোংবনি
ব্রাহ্মণগী অশাও মৈনা চাকথ্র'দি
য়েনিং হুনবা নাইদরে
মশা লোঙবা লৈতরে
ভয়রাশি ওইবনি।
নখোয়গী শাপ কোকদবদি

মপোক তরেৎ কোয়রুরো।
হরিগা য়েরুবা ওইরুরো
য়েরুবা ওইত্থনস্থ রারুস্থ
পুক্লিং তয়াং তশোয়স্থ
ঐস্থ নখোয়গী উদ্ধারগীদমক
অবতার তৌনবা হোৎনগে
অবতার অহুমলকত্তবদা
নখোয়গী শাপপু লোইহনগে।"
রাবনা কুম্ভংনরবা অনিমক
নারায়নগী য়াথং পুত্থনা
রা মথা তাদনা
চরন সেবা তৌরমলগী
তুমিন তুমিন চংথরে।

---

## হিরন্যাক্ষ-হিরন্যকশিপু পোকপা অমসুং
## হরিগা রেরুবা ওকবা

"উচিতকালকাৰ্য্যংকর্ত্তব্যং ॥"

মতমগী খোঙলোয় তুংইন্না
দক্ষ প্রজাপতিগী মচানুপী-দিতি
কাস্যপ মুনিদা থাজথরে।
দিতি কৌবা নুপীবা

মচা ধারা পাম্মদুনা
নোংমগী কোয়ৌ হুক্সিত্তা
বর নিরয়ে মপুরোইবদা।
মতম তাপ্পা অদুদি
সন্ধ্যা ভজন মতমনি।
চৈরক অত্তুমক্তদা
পরপ পরপ থিন্দনা
"ঠাকুর ইবুংঙো তাক্বিয়ু
সন্ধ্যা ভজন কোনবিয়ু
ইচা ধারা ফংজগে
বর হায়্না পিবিয়ু।"
কয়া তকশিল্লি দিত্তিনা।
"রাক্ষসা" বেলা মতমনি
তাঞ্জাসিদা ফংবা বরদি
শুভকর্ম ওইরোই ইবেম্মা'
অসি রাহৈ হায়দুনা
পাওথুম পীরকই মুনিনা।
"মঙ্গল ওইগে ওইসনু
মঙ্গল ওইরোই তোকসনু
পীদ পীবিয়ু লৈথরবিয়ু।"
কয়া তকশিনমল্লক্লা, মুনিনা
"অকনবা থাক্না অনি ফংজরো।"

বর পিবিখ্রে দিতিদা।
"নংগী নচা অনিদা
পাঙ্গল কনবা অথৌবা
মরোল অহুম জয় ওম্বা
পজেং ফিরাল থেৎপা ওইগনি
অদুম্নদি ওইরগা ইবেম্মা,
ফত্তবা পুংকম ওইবনা
ধর্ম্ম লৈবদি ওইররোই।'
মচা ধারা পাম্বনা
গৃহিনী দিতি ইবেম্মা,
অক—ফত্ত খণ্ডখিব্রে
থোইনা দোষ তৌরুদে
অপীবা বর লৌরক্রে।
মতৌ অম্নুম তৌদুনা
জয় বিজয় অনিনা
দিতি মমাগী গর্ভদা
হিরন্যক—হিরন্যকশিপু মিংলৌদুনা
মালেম পৃথ্বীদা পোকখিয়ে।

নিংথাদা খণ্ডই অভাংদি,
অভাং অনিসি পোকপদা
তম্নবী মশক ওইরুরে
মালেম থক থক নিকলক্রে

অথাক অরাও তাম্নক্লে,
পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংনা
ভুমিংকুম পাঙ্গল কল্লিদো,
হিংচাবা মশক লৌরগে
ধর্ম্ম বিরুদ্ধ ওইররে।
অসুম অসুম চাওরক্লে
সাধু বৈষ্ণব মাঙহল্লে
লৈথা তানবা ওইররে;
লাইবু হিংসা তৌররে,
ইন্দ্র জয়বু তৌথরে
ইন্দ্র পদ মুন্দুনা
সিংহাসনবু ফমথরে
নাপল তৌনা পানথরে
মচিন মনাও অনিনা।
ফত্রবা অহঙ্কার লোয়নবা
মচিন মনাও অনিগী
মতৌ অহু উবদা
লাইরাম পুম্বা মিপাইরে
মহৈ মহৈ রানরে।
মচিন মনাও অনিবু
করম্না মাইথিবা পীহুনা
ইন্দ্র পাদগী তাম্মোকসিগে

লাইয়াম সভা থরে।
রাবেপ তাখা ভমনরে
লুংনাংনরে লাইয়ামদো।
মমৈথংদা লাইয়াম সভানা
ব্রহ্মা তম্মা চণ্ডুন্না
মায়োক্লবা ভমজ্রবা
হিংচাবসিংদগী থোইরবা
হিরণ্যাক্ষ হিরণ্যকশিপু
মচিন মনাও অনিবু
লান্দা মাইথিবা পীনবা
থোঁজিন থোরম হংজরে।
অচৌ পিশক থায়দুনা
তিল্লিবা লাইয়াম সভাদা
থারম থওবা ব্রহ্মানা
অসুম হায়না তাকপিরে—
“তারো লাইয়াম সভা পুম্বা
অকিশক ওইনরবা
হিংচাবা অনিবু হৌজিকমক
ইন্দ্রপদদগী তাম্বোক্লবা
উপায় করি’ম বৈজেয়,
শ্রীহরিনা জগদ্রা
মপু ওইনা বৈবিরি

মাতনা লাইয়াম ঐখোইগী
অরাবা মতেং পাংবি'নি,
মখোয় অনিবু মাইথিহনবা
হরি মাতনা ওমগনি,
ঐখোয় লাইয়াম কনানা
লামবা তৌবা ওমলরোই
উপায় ফংদ্রিবৈ চৈরক্তা
রাখিবা তারি খরদি।
নফম নফমদা হন্দুনা
মতম খরা লৈরুখো
মতম তাজ্জা লাকখিনি
ময়ামগী অরা'সে কোক্লখিনি।
য়াথং অসি ফংদুনা
দেবগন মফম মফমদা হল্লখ্রে
মখো মখৌ পায়নখ্রে।

মাসিগী মতুং তাবদা
অমরোমদা হিরণ্যাক্ষ নিংথৌনা
হিরণ্যকশিপু মনাওদা
নিংথৌ ৎভম শিন্নরম্লগা
লাক্লেংনবা চৎখরে।

মল্ল যুদ্ধ থেংনহুনা
মরোল অহুম জয় তৌরুই।
মফন মফম খুদিংদা
গদা লেংথোং চত্তুনা
কোয়না কোয়না লান্দারে।
মপা লৈতে কনবা
জগৎ জয়বু তৌখরে।

জগৎ মাঙ্‌বা তাখরে
রাথল অসি খন্দুনা
উদ্ধার তৌগে খন্দুনা
মুনিরাজ নারদনা
বিনা যন্ত্র থোংহুনা
হরিগান শকশোন্দুনা
মর্ত্যলোক্তা থুংলরে।
লমখাংদা হিরন্যাক্ষ হিংচাবা
মুনিরাজ নারদগা থেংনরে।
শ্রদ্ধা ভক্তি উত্তুনা
মুনিগী চরন্দা হঙ্গৎচৈ—
"লামবা য়াবা অকনবা
কনা কনা লৈবগে

মতিক চাবা অকনবা
ঐগী লামবা পীবিয়ু।
মূনিদি জগৎ খণ্ডবনি
জগৎশিন্না কোয়বনি
মুনি য়াথং ভাইজরি
ঐগী লামবা কনানো।"

হায়রক্লে মুনিরাজ মনাইবু চিংনা য়েংহুনা
"হে থৌনা ফবা অকনবা নঙগী লামবা চানবা
মালেমদা কনা লৈতরে, নঙগী নমিং তাবদা
মরোন অহুম থক থক নিক্লরে কিবনা
নপাঃস্বোমগী মপান্না মালেম নিংথৌ পুমবগী
লুহুপ মনি মঙালবু নখোঙ লৈতেং ওইরিদো,
নতিক নগুণ হুমিত্তু য়েংবা ঙমদে থানিন্না,
পিদ য়াদে হায়রগা অমত্তংদি লৈরিয়ে--
মহাক পাতালদা লৈবনি নঙবু কিহুনা লোংলিয়ে।
মপাঙ্গল য়াম্না কনবনি মরৈ মরা চাওবনি
ওক্কী মশক লৌহুনা নঙতবু ঙাইহুনা লৈরিয়ে
হরি কৌবনি মহাক্তি নঙতগা লামবা য়াগনি।
মা'গা জয় তৌরদি মমি মশেক য়াওদনা
নমিঙ কোরৌ অহনা মরোল অহুম ঙাল্লনি
জয়গী পজেং হেম্নবা মতম তাঙ্গা হেনখিনি
থৌরাং শাজেল তন্না তৌ, মাবু জয় তৌক্লরো॥"

পাওমেল মৈরা লাংবদা
হরাও মথোই কাহুনা
মুনি চরণ থাহুদা
শন্দ্রাংননা থুরুমজৈ
পাওথুম পিরকই—
"হরিগা লান্থেংনজগে পাতাল য়ৌনা কুমজগে
য়েরুবা কনা থমজরোই মুনি বিদায় পিবীরো"
অসি রাহৈ হায়হুনা
হিংচারক্তুগী অথোইবা
হিরন্যাক্ষ।
মুনি বিদায় তৌরম্লগা
পাতাল মাইগৈ তমথরে।
রসাতল পাতালদা
ঈশিংদনা থল্লবা
বরাহ দেবগী কোন্নুংবু
হরঙ লংনা উরক্লে
বিষ্ণু মথক উহন্দে
হিরন্যাক্ষ রাক্ষসমিত্তা।
কোন্নুং অহু উবদা

হিরন্যাক্ষ

খোংকাপ লাওনা থাংহুনা
পরপ পরপ মাঙওইনৈ।

"ঙসি কোরৌ হুমিত্তা হরি য়াইবী লৌরগে
কদায়দা লৈ হরি, ঐ'মাংদা লেপলো লাও ॥"

রাহৈ অসি হায়দুনা
অশাওবনা লুত্তোন কাখরে
গদা য়াংনা হাইগৎলে
ঈশিংদা কয়া ফুখরে।
খুদক অত্থুংক্তদা
অকি শক্তম লৌদুনা
চোংথোরক্লে বারহদেব।
হিরন্যকশিপু নিংথৌগা
বাক যুদ্ধ তৌনরে,
বাগ যুদ্ধ লোইদুনা
গদা যুদ্ধ হৌরক্লে।
দম দম ফুজক্লৈ থক থক ঙাকথোক্লৈ
থক থক্ নিকই ফুজিন্নব মখোয়া ;
গদা অনি থেংনবা
মৈনা ফ্রি ফ্রি কামখরে।
গদা যুদ্ধ লোইত্তুনা
মল্ল যুদ্ধ থেংনরে।
মপা লৈতবা কল্লবা
পামবা নোংশা অনিনা
কয়া চিক্ন'গুম চিক্লরে।

অমনা অমবু ঙম্নদে,
য়েংবদা অকিবগী মত্তৌনি,
অমনা হুল্লি অমনা ওকই —
অমনা খোৎলি অমসু খোৎলি
অমনা চিকই অমসু চিকই—
অমনা ঙংই অমসু ঙংই
অমনা হেন্দে অমনা রাৎতে
সৎ সৎ হন্দোকনৈ
অমুক হেক্তা হোৎচিন্নৈ।
খোংগা খোংগা কাওনরে
থুতুমগা থুতুমগা শুনরে
তাপ তাপ কোন্নরে—
গীরী গীরী তক্নরে
পাম্বোম পাম্বোম ঙানরে
লৌবু হেনবা তান্নরে।
অমনা হেক্তা হুনগৎলি
অমনা হেক্তা নপশিল্লি
সুংশা ফী ফী কামনরে
হকচাং হুমাং তানরে।
কয়া কুইনবু পাগবা
হে রাক্ষস অথোবা,
মশোং চাওবা নোংশারেল

মাঙগদবা পাম্মুইদা
তাইবং কুম্মৈ ওইনবা
তোগে নিংবা রাখল্লা
ঙহাক শাল্লবা লিলানি
সাধুসিংদা নৈরাংনি
দুষ্টসিদা বজ্রনি
ওইনিংবতা ওইবনি
মাগী লামবা নৈতেদো
মানা জগৎ শেম্বনি
জগৎকী মপু মহাক্নি ;
লানবিরগে থল্লবোই
মিৎকুপ্তা বরাহদেব হোৎচিল্লক্লে
সুংশিংকী মমাং থাদুনা
তেনজিন য়াতোন অনিনা
তিমি তারেল্লা লেংবগুম
পাক্লবা রাক্ষস থজিন্দা
থুম্না থুনা য়েশিনখ্রে।
থাঙ্‌বা য়াদ্রে চৈনাখোল
ইথক ইপোম লাকপদা
সমুদ্রনা ঈওনবগুম
আহ্ খোঞ্জেল লাওরম্লগা
নৈমায় থক্তা হাইথখ্রে
য়াইবী মঙা লানখ্রে।

শিল্লোং পণ্ডবা নারদ
মনাও নিপা নিংথৌদা
বরাহ দেবগী য়াতোন্দা
মযাম্বা থরায় মাঙখিবা
মরিক চুম্বা পাওজেন্দো
মতম চানা পিখরে।
ময়াম্বা হাংখে তাবদা
হিরন্যকশিপু নিংথৌরেল
ম'মৎ কোরী কাখরে
শাওবা পন্দোম লোমখরে।
"ইয়াম্বা হাংপা হ'রদো এগী থৱাই' য়েক্লবনি
মাগী য়াইবী লৌরগা ইৱাম্বা' অমন শিংগনি।"
ৱাশক পন্দোম লোমদুনা
পুক্লিং অ'ন লোংদনা
মতম তাঞ্জা ভাইদুনা
হ'র হাংকে তেমশিংখ্রে।

## ভক্ত রাজ প্রহ্লাদ পোকপা

"যৎ বংশে বৈষ্ণব জাত
পিতর নৃত্যান্তিচ মূহুর্মু'হু"

শ্রীহরিগী য়েক্লবা
সাধু হাংকে তেমশিংবা

হরিণ্যকশিপু নিংথৌগী
কয়াধু কৌবী রাণীদি
পুকচেল থোইজেল তপ্পীনি
কৃষ্ণ ভক্তি লৈবিনি।

মপুরোইবা নিংথৌনা
অজর অমর ওইনবা
পুক্লিং অনি লোঙদনা
ব্রহ্মা নিংবা চৎখিয়ে।
লাইনিংঙিদৈ চৈরক্তা
ইন্দ্রনা লান হৌরকুনা
কয়াধু হায়বী রাণীদো
চুরাম্দুনা পুখিয়ে।

"রাণীসে কৃষ্ণ ভক্তি লৈবীনি
মাঙবা তারে ইন্দ্রদেব
মাগী গর্ভগী অঙাংসে!
কৃষ্ণগী মনাই বৈস্ণবনি,
হরি লিলা থৌবুনি,
মাঙবা য়াদে খংবিয়ু।"
মুনিরাজ নারদনা ইন্দ্রদা
মরিক চুম্না খঙহনখি।

নারদ মপাও তাবদা
ইন্দ্রদেব ইবুংঙো

কয়াধু মহারাণীবু
ভক্তি তৌনা খুরূমজৈ।
ক্ষমাযাচনা তৌদুনা
মুনিরাজদা শিল্পখি।
মুনিরাজনা চেকশিল্পা
মপুরোইবদা থারকখি।
'মীগী লাইগী মখুৎতা
খুৎলায়না শোক্কুনা শিদবা
পৃথিবীদা মোংক্লম ওইদবা'
ব্রহ্মাগী বর ফংদুনা
হিরণ্যকশিপু নিংথৌরেল
মরৈবাক্কা হল্লক্লে।
মতমগী তাম্বা তুংইন্না
ভক্তরাজ প্রহ্লাদবু
কয়াধু মহারাণীনা
মচা ওইনা ফংজরে।
কৃষ্ণ লিলা থৌবুনি
নরসিং অবতার তৌরনি
অসি রারোল থগুদুনা
গর্ভদা লৈরীবৈদগী
নারদনা ভাগবত তাহনখি
কৃষ্ণ প্রেম ফংহনখি।

পুক্লিং হূনা ফজৈ
ভক্তরাজগী মায়থোংদো
র'হুনা উমলুবা থাজনা
ভান্থোরকপগুম ফজৈয়ে ।

অতোপ অতোপ্পা অঙাংনা
উফুল থোমহুনা শামৈয়ে,
ভক্ত রাজ প্রহ্লাদদি
অঙাং অতৈগা মাম্নদে
লৈপাক্লা কৃষ্ণ মুর্ত্তি শাহুনা
কৃষ্ণ পূজা তৌজৈয়ে ;
কৃষ্ণ ভজন্না মথৌনি
কৃষ্ণ সেবানা মশিন্নি ।

কয়াধু মহারাণীনা
'ইমাগী ইবুংঙো প্রহ্লাদ
তরা লুকোয় লোইরে
শান্নবা লেপখো ইবুংঙো'
হন্না হন্না কৌরক্লবদা
'কৃষ্ণ সেবা লোইদরি
হৌজিক লাকপা ঙমহৈরোই'
মমানা কৌবা পাওথুমজৈ ।
অতোপ্পা অঙাং ময়াম্না
উফুল চাইহুনা জগোয় শায়

প্রহ্লাদ কৌরা অঙাংদি
কৃষ্ণ কৃষ্ণ লোনহনা
কপোয় থোংথাং কায়দনা
চৈনা চৈনা শারকই
শুরকুন্দিবা লোনকা
হরিনামবু শোইদো।
মবুংডো কৃষ্ণগী মূর্তিদা
আত্মা সমর্পন তৌরকই—
"হে কৃষ্ণচন্দ্রা ইবুংঙো
মরোল অদু গী মফমদা,
ননাই'দেহ মনপ্রান
লৈরবা পুম্বা থুয়াদা
কচ্ছরি ননাই প্রহ্লাদনা
লৌবিয়ু নুংশিবিয়ু লৎনবিসু।'
মচাগী কৃষ্ণ ভক্তি উরদা
মমা ইবেম্মা মহারাণীনা
মচাগী মাইথোং থম্বালদু
হম্না হম্না চুপচৈয়ে।
"নহালমুকী মপোক্তা
ইমানা করি পুন্য তৌরবনা
নংত্বু ইচা ওইনা কংজরা"
বাইহে অসি হায়রনা

প্রহ্লাদ পোকপী মমানা
মচাবু চেজেং কোনশিনজৈ

মোমোন মোমোন নোঙ্কুনা
হরাও পিয়াং শিংইজৈ।

শোনজৈ কয়াধু রাণী মথমতা
ওসিগী মরুসে পামবীনি হয়েংগী
লাইবক ফৈদা গর্ভসে ঐগী
প্রহ্লাদ ইচা ফংজবনা ঐনা

স্বর্গদা কৈরাক থারনি
শাগৈগী থাওমৈ ওইরনি

অমম্বা পুমবা কোক্লনি
পুন্যগী লম্বী উর্রনি।

# প্রহ্লাদগী হরি ভক্তি

"সর্বধর্ম্মান পরিত্যাজ মামেকং
শরনং ব্রজঃ।"

ওঝা পুম্বগী অথোইবা মমানি
ওঝা পুম্বগীম্ব ওঝানি।
ইমানা ওঝানি, স্বর্গগী লম্বীনি
ইমানা গুরুনি নরকীস্ব লম্বানি।
কয়াধু মমাগী প্রহ্লাদনি,
প্রহ্লাদ কয়াধু মমাগীনি।
মচা প্রহ্লাদবু চাওন' য়োকলক্লে
অকবা পাওতাক কয়া পীরক্লে,
মহৈ মশীং তম্বীরক্লে
মীকোক থোংনবা য়োক্লক্লে।
পাওতাক পীরক্লে দিবানিশিদা
হুংশিরবা মচা প্রহ্লাদবু
"ইমাগী ইবুংঙো হুংশিবা
ইমানা হায়গদবা হায়ববু
কৃষ্ণ নাম' কাউগনু
কৃষ্ণ ভক্তি হায়বসে
বিদ্যা পুম্বগী মকোকনি
কৃষ্ণ ভজন চৎল'দি

থাংস্র ভাস্র চঙলোয়দো

হরি মানা কনবিনি।"

মমাগী মুংশিবা পাওতাক ভাবদা

হিক্লা হিক্লা কপ্লকই প্রহ্লাদ;

মমাগী চরণ কোন্দুনা

হিক হিক লাওবা খোঞ্জেন্দা—

"ইমা ইবেম্মা মহারাণী

ঙসি ইমাদগী ফংজবা

মমল য়াম্বা পাওতাকসে

লাইবক ফবনি নচাগী

মপোক মপোক খুদিংদা

পুন্থ ভোরকপনা ইমানা

ইমাগী গর্ভদা পোকপনি

কৃষ্ণগী নামবু কাওমরোই।"

অসি নাইহেনহুনা বৈষ্ণবরাজ

মমাগী মকমদা থুরুমজৈ।

মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদগী

কৃষ্ণ ভক্তি উবদা

হিরণ্যকশিপু নিংথৌনা

থেমহুনা নৌহুনা নায়কই—

"ইপাগী ইবুংঙো প্রহ্লাদ,
হরি নামবু শোলগনু
হরি কৌবা অমনা
ঐগী ইয়াম্বা হাংখিদো ;
মতুগী মরম অদুতনা
মহাকপু হাৎকে তেমশিংলি ।
সনা-লুপা পামবরা
খগোল-শামু পামবরা
নওগী অপাম্বা অপুম্বা
ইপানা ব্রাজনা পীগনি
য়েকুবা' নাম শোনবদে
শিবগী নাম শোলুকো।"
প্রহ্লাদ কৌবা ইবুঙে
মপাবুং মহারাজগী
থোৎ নৌরবা স্নায়ুথং
ভাকে নিংখিত্রে মপুক্লিংদা.
থনগ্রে অঙাং' পুক্লি দা—
'হায়না ইমানি, হরিনা ইপানি।'
মমানা থাবা চারনি
লোইরোয় হৌরকপা পাম্বীদা

মমানা ঈশিং চাইখরে
অকরা হার হাপখরে।
মচুং মতম চারক্লদুনা
হিরণ্যকশিপু নিংথৌনা
মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদবু
শণ্ডামর্ক গুরুগী নাক্তা
মহৈ তম্বা হৌহল্লে;
গুরুনা য়ুমদা পুদুনা
পড়ুবা ময়ামগা লোয়ননা
লাইরিক তম্বিবা হৌখরে।
প্রহ্লাদ কৌবা অঙাংনি
লাইরিক্তা পুক্নিং চংদরে,
হরি নাম ইপোমদা
তাউদুনা লৈরে ভক্তরাজ।
মমাম্নবা অতৈগুম্না—
মা ইঙাং ঙাংদে প্রহ্লাদ,
ওঝানা তাঙশকপসু
খৌইনা তাদে খোইনা খুমদে।
ওঝানা চংখোকখিবা মতমদা
পুক্নিং অনি লোঙদনা
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লিদো
হরিগান শকইদো।

নোংমা কোরৌ চুম্বিত্তা
মপা ইবুংঙো মহারাজনা
সুংশিরবা মচাবু উনিংচুনা
শণ্ডামর্ক গুরুবু
সেবক শাথা থিবিকা
সমা কোন্নুংদা কৌখংলি
শণ্ডামর্ক গুরুনা
পড়ুরা ময়ামগা লোয়ননা
পুংক্ষম তানজা কায়দনা
সমাকোন্নুং য়ৌরক্লে ।
নিংথৌ থনবা অভমবা
মনাই মশন থিবিরা
গুরুবু সতকার তৌদুনা
চুরাও তয়াম্না ওকতুনা
মফম চানা ক্ষমহল্লে
হৌনবী ব্যবহার উংথরে ।
মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদনা
মাইথোং থম্বাল উবদা
হিরন্যকশিপু নিংথৌনা
মচাবু চেক্কেং কোল্লগা
মতম্বাক্তা ক্ষমহল্লি
চুংশিনা চুপচৈ মচাবু

থাজগুম্না ইংলবা
মচাগী মাইথোংবু
চাথোক্লদগুম য়েংহুনা
মোমোন মোমোন নোক্লুনা
পাওহংজরকই অম্না—
"ইপাগী ইবুঙো প্রহ্লাদ!
ওঝাগী নাক্তা লৈদুনা
করি বিদ্যা তম্লবা,
হায়য়ু ভাগে ইপাদা
করি করি তমলবা
করি করি হৈরবা
করি বিদ্যানা সংসারদা
বিদ্যা পুম্বগী মংকাক্লো
পাওথুম পীরকউ ইপাদা।"
মপাবুং মহারাজগী
কোচি থাংবা রাহংগী
পাওথুম পীজরকই প্রহ্লাদ—
তাবিয়ু পাবুং মহারাজ!
মীওইবা ঐখোয়না
তম্লবা থওনরিবা
অতৈ বিদ্য ময়ামসে
অরেম্বা বিদ্যা ভাক্তনি,

হয়েং শিরগা ঐনা
পুহ্না চৎপা য়ারোইদো ;
কৃষ্ণ ভক্তি হায়বদো
বিদ্যা পূম্বগী মকোক্নি
হিংলিন্তৈদস্সু লমজিংবা
শিরগস্সু লমজিংবা
কৃষ্ণ ভক্তিনি অথোইবা ।
মন্নম অসিনা পাবুং,
বিদ্যা অসি নত্তনা
অত্তোপ্পা বিদ্যা তম্বিংদে ।"
মচাগী মপাও তাবদা
শাওরনা মৈশুম চাক্নুনা
মতমবাক্তা পম্বা মচাবু
ন্যাক্নুনা লংথোকই নিংথৌনা ।
মমিৎ অঁ কাহ্নুনা
মচাবু তুংতোইনহনা
হায়রকই শণ্ডামর্ক ক্রেদুশ
হে-ব টো ব্রাহ্মন মচা !
নত্তনা ইচা মৈতম্বিবদা অমিগী
[illegible] নামবু তম্বিরি ?
কররম্বা লাইরিক তম্বিহনা
পাক্নবা অত্তাং অসিনা

অসি য়োনা হায়রিবা।
পুম্নমক অসিগী মরমদি—
নঙনা খোকহনবা ঙাক্তনি
নঙনা তোঁহনবা মক্তনি।"
মৈগী রাহৈদু তাবদা
শণ্ডামর্কগুরুনা
থম্মোয় শোক্না শাউদুনা
তনিক তনিকপা খোঞ্জেন্দা
অসি হায়না হঙ্গৎচৈ—
"করিরানো মহারাজ,
ঐনা কদোইডদা তম্বিদে
মদু ঐহাক থঙজদে
মতুং তাবা অসিদা
মতিক চাবা তৌজগে
সনা বুদ্ধি লৈতাবীখো
য়েক্নবা হরিনামবু শোলহল্লোই।"
রাহৈ অসি হায়চুনা
ভক্তি উৎলম্নগা নিংথৌদা
পড়ুনা ময়ামগা লোয়নননা
গুরু য়ুমদা হনখরে।

য়ুম য়োৗরে হায়রগা
কয়া কয়া চৈবিরে,
নিংথৌ য়াথং কিবনা
কয়া কয়া ঙাংবিরে,
ঙা'জৈ চৈজৈ হায়দুঙাই
ভক্তরাজ তাবিদে।
অচৈ রাহৈ খু'দংমক
হ'রিনাম্না ঙাকথোকই,—
প্রহ্লাদগী পুক্নিংদা
হরি চংহ্নুনা লৈখরে।
শণ্ডামর্ক ওজানা
ছাত্র ময়াম অতুদা
কৃষ্ণ নাম য়াওদবা
শিবগী রতি তম্বিরে।
প্রহ্লাদ কোৗবা বৈষ্ণবনা
ময়েক ময়েক খু'দিংদা
কৃষ্ণগী নামনি খন্দোকই,
কৃষ্ণগী মুর্ত্তি নিংশিংই,
গুরুনা ঙহাক চৎথোকখবা
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা
জগোয়গী ত'হ্না কায়দনা
লৈনা-লৈনা জগোয় শাই।

করিগুম্বদা ঈহৌরক্তুনা
মিৎলু নাপোম অনিদা
তরুং লাইজ শিন্থনা
হিরু হিক্না কপলকই।
প্রহ্লাদ মতৌ উবদা
মমান্নবা বিদ্যার্থী পুম্বনা
অঙক' ফংনা য়েংনরে
করিনো করিনো শোম্নরে।
প্রহ্লাদ য়েংথুনা হংলকই—
মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদ।
করিগীদমক কপপগে ?
অঙাওবগী পান্দমগুম
করিগীদমক জগোয় শাবগে ?
মরোল শেংনা ভাকপিয়ু।"
প্রহ্লাদ কৌবা সাধুগা
তিন্নজরুবা মরম্না
ছাত্র ময়াম অহুম্র
লোইনা থম্মোয় পেৎখরে।
মমল য়াম্নবা ভাংলবা
ফংবা ওমত্রবা প্রেমধনবু—
ভাইবং ঙ্গপাক লান্নবা
হিকংবগুম ফংনরে।

ময়ামগী মপাও তাবদা
প্রহ্লাদ অঙাংনা খুম্নকই—
"ভাঈ-বন্ধু পুম্নমক,
ঐনা হুংঙাইরি'সে খম্মোয়দা
শেংবা হাইজগে তাখিয়ু—
কৃষ্ণগী নাম হায়বসে
হুংঙাইবা সমুদ্র ঈপাক্লি,—
ঈপাক অহূগী মথক্তা
প্রেমগী ঈহৌ হৌরকপনা
ঐগী পুক্নিং তাউখরে।
মহাক্কীরূপগুণ নিংখিবা
দর্শন পীবিরে ঐঙোন্দা।
ভাঈ-বন্ধু পুম্নমক,
ইনাকখুনবা মহৈ হৈবা
নিংথৌ ওইবা লৈপাক ঙাকপা
অয়েম্বনি কান্নদবা,
কৃষ্ণগী নামতনা
পুম্নমক্তগী অখোইবা
লেংত্রবা লম্নি ঐখোইগী
কৃষ্ণভজন চৎলবদি—
মায়াগী ঈপাক লানগনি
মায়াগী থৌরী করুনি।"

কৃষ্ণ ভজন চৎলগা
                    করি লন কংগনি ?
অকবা কর্ম্ম তৌহ্না
                    স্বর্গ ভুক চাবনা
লম্বী নত্তব্রা অথোইবা
                    অমুক্ত খুমউ তাসি ।”
ছাত্র ময়াম্না হংলবদা
                    প্রহ্লাদনা পাউথুমজৈ—
মরুপ মপাং পুম্ননক
                    হায়রিবদো ওম্নরে
লৌবা য়াবা ওইদরে ।
                    তাইবংপান হায়বদো
তায়ওম্রৈ পঙনা পাল্লি হায়ম্লনা
                    তাইবংপানবু কৌবনে ।
প্রকৃতিনা পীবিবা
                    স্বত রজ তমগুন
মীওইবা ঐথোক্লদা য়াওরিয়ে
                    বাসি মুম্বা খঙদিয়ু।
তমগুণা ক্লেস্ববা
                    পুকচেল কস্তবা মীনম্না
সুংশি হৈতবা তমথিবা
                    মী হায়বহ্ মওইরে ;
রজগুণা ওমলগা
                    কর্ম্ম য়াম্না তৌনিংবা

মুংঙাই য়াইক ওইজবা
অহাও অথুম চাজবা
নিংথৌ ওইগে খনজবা
মী হায়বহ্ মওইরে।
স্বত গুন্না হেল্লগা
পুকচেল খোইজেল ফজবা
লাইনিং পরৈ চেৎপা
কৃষ্ণ ভক্তি পামজবা
তাইবং ঈপাক লানবদা
মীখোই মীহেনবা
অরানবা খুভম কংবা
মী হায়বদু মওইরে।
সাধু বৈষ্ণব খিবিক্লা
স্বর্গ কাবা পায়দে।
স্বর্গ নরক অনিমক
চপ মান্নৈ খন্নেয়ে।
কৃষ্ণগী মনাই বৈষ্ণবশিংনা
স্বর্গ মুক্তি নরক অহমসে
চপ মান্নৈ খল্লিদো,
অকবা মীনা শিরগা
পরমাত্মাংশ জীবাত্মাসে
পরমাত্মাদা তিন্দুনা

মুক্তি ফংগনি থম্লিদো
অথোইবনি নিংইদো ।
কৃষ্ণভক্তিগী মহৈনা
কৃষ্ণগী চরণ ফংহল্লি ।
কৃষ্ণ ভজন চংলা'দি
মুক্তি ফংগে নিংজ্রে'সু
অদুম মতোম লাকচরে
অদুম মতোম ফংজরে ।
চাজেনবী বার্তন ভোরগা
মচা মরাম লাকপগুম
ইরায় লায়না ফংজরে
মাবু অমুক থিরুত্রে ।
কৃষ্ণ ভক্তি নত্তনা
অতোপ্পা লাইনিং অমনা
কৃষ্ণ ফংবা গুমদেয়ে
অতোপ্পা লাইনিং লম্বীদি
কোহাম তুবগুম্বনি
চেং থোকপা হোৌনবে
কৃষ্ণ ভক্তি য়াওদনা
স্বর্গগী সুংঙাইবা পাম্বদি
নরক তাবগা অন্দানি ।
স্বর্গগী সুংঙাইবা পাম্বদি

ওক হায়বা শাহ্থনা
বিষ্ঠা চাবা পাম্বনি।
মাগী মাগী ভুকনা
হেক লোইবা মতমদা
জন্ম মরন ফংহনা
তাপত্রয় মৈচাক অহুম
আধ্যাত্মিক, আধিভৌতিক
আধিদৈবিক মখোয়সিনা
চাক্তুনা লেল্লি সংসারদা
হিংনা হিংনা শিহল্লি।
মশাদা পোমতংহনা
অখিন অরেং তৌহনা
মীরক তীনবা ওমদবা
মশাদা রোগ লৈববু
আধ্যাত্মিক মৈচাক কৌইদো।
ভূত প্রেত মন্ত্র শান্নহনা
ভূত ওকহনা শাওরিবা
কোইচৎ চৎলিবা মখোয়দো
আধিভৌতিক কৌইদো।
বজ্রনা থান্নহনা শিরিবা
ঊদা মৈদা ঈশিংদা শিল্লিবা
মখোয়সে আধিদৈবিক কৌবনি।

কৃষ্ণভজন চৎলবদি
মৈচাক অহুম অাসিবু
ইরাই লায়না মকোকয়ে
পোকপা শিবা নাইদেয়ে।
সংসার' মায়ানা শুমহৎতুনা
অফফত্ত খণ্ডদনা
জন্মমরন ফংতুনা
পোক-শিব-নাইতুনা
তাইবং-মায়াগী-ঈপাক্তা
কয়দা-রানা লেম্লরি।
ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর
লাই অহুমগী শক্তিনা
পলেমগী গর্ভ-মুংতুদা
দেহ-ওইনা শাররে।
নাওয়োমগী মমুংদা
খোংনা-থক্তা কোকনা-খাদা
বিষ্ঠা মূত্র মরক্তা
কৃমি ময়াম্না চিক্তুনা
কয়া রানা লেম্লরে।
থা-তরেৎ শুবদা
পরমাত্মাগা উনতুনা
জ্ঞান তাদবা তারক্লে।

মপোক অমগী মন্নুংদা
মানা মানা পোকপা
খোৎ খোৎপা নিংশিঙে
অরা অনা থঙলক্লে।
হাই, হাই, অরাবনি।
কৃষ্ণ ভজন কাউরুতুনা
গর্ভগী অরাবা ফংলরে
হন্দক মীওইনা পোক্লগা
কৃষ্ণ ভজন চৎলগে
সাধু সঙ্গ তৌরগে
অসি খন্দুনা রাশক্লে।
হেক পোক্লকপা মতমদা
ময়া জালনা শুমহত্তুনা
কৃষ্ণ ভজন কাউখরে
অরাবা পূমবা নিংশিদ্রে,
মীনমবা মুংঙাইবদা লুপখরে।
পোকপদা কনা য়াওরক্তে
ফীজেৎ লৈতেং পুরক্তে
ইতোম ইতোমতা মরাকই
ইতোম ইতোমতা হনখিনি
করিস্নু লোইনরক্তবনা
করিস্নু পুরোই হনখিবদা

অঙাং ওইরিবৈ মতমদা
পলেম অমৃত থক্কুনা
অমৃত ময়াই অদুনা
কৃষ্ণ ভজন কাওরুরে।
জ্ঞান খজিক লাকপদা
উঁফুল থোমদুনা শানৈদো
কাংজৈ শায়দুনা লেল্লিদো
চহি মঙা-ফাওবসে
পংলব মতম ওইবনা
করিস্থ করিস্থ তৌহোদে।
অরেম্বদা মতম মাঙদুনা
কৃষ্ণ ভজন চংহৌদে।
চহি মঙাদগী তরা ফাওবসে
পৌগণ্ড মতম ওইবনা
মহৈতমবা হোৎনবদা
কৃষ্ণ ভজন ওমহৌদে।
চহি তরাদগী তরা মঙাফাও
কৈশোর বয়স কৌইদো,
মতম অসিগী মদুংদা
ময়ুম মকৈ পান্দুনা
মচা-ধারা ফংনৈদো।
মচা মশু থারুবা

মীরৈবাক্তা কোয়ন্থনা
মঙ্গল তান্দুনা মতোকই
কৃষ্ণ ভজন চৎহৌদে
সাধুসঙ্গ তৌহৌদে।
উট হায়বা শান্নুনা
শায় তিংখং চাবদা
মচিন মরৈ খিনগায়বা
মশাগী ঈনি খওজদে
চাবা লেপকে নিংজদে।
অদুগুম্না মীওইবা ঐখোয়স্থ
সংসার-বিষয় থাদোক্তে।
করি খেন্নরি অনিদা?
জীবনগী পুন্সি হায়বসে
মিকুপ পুংজানা শাবনি
মিকুপ পুংজা হুমিৎ-খা।
অমমম ওইনা থিবদা
ঐখোয়' পুনসি লোইক্খিবা।
কনাস্থ করিস্থ খওহৌদে,
কালগী চক্রনা কৈরকহুনা:
কৈশোর বয়স লোইহুনা
অহনগী অবস্থা য়োরক্তে
যৌবনগী মঙ্গলা মাঙখরে।

তিংলম্বা উন্না থুইরক্লে
কমলাক কুরু শুংলক্লে।
মালম দারী কাবদা
লোইবী কাবগা পাংথক্লে।
নম পোন্দবা পোল্লকলে
চৈশুনা পাগল ওইরক্লে;
মীৎ-না কৎলকতরে
মুরম্বা শমলাং ঙৌরক্লে
মচা মশুনা থোওইত্রে।
অন্তকালগী মতমদা
নহাগী রাখল লাক্কুনা
কৃষ্ণ ভজন চৎহৌদে।
জীবগী পোলোই য়ৌহ্না
যমরাজগী লৈবাক্তা
নরক তাদুনা লৈরুরে
অরাবা কোঙ্গায় কংলুরে।
হাই হাই, অরাবনি অরাবা।
নরক্তা দণ্ডি কংলেদো।
যম নিংথোগী লৈবাক্তা
যুগ চামা মাঙ্লুরে।
অহ্নগী মতুং তাবদা
উ-রা ওইনা পোকলুরে,

উ-রাগী মপোক্তগী
তিনকা কাকৈ লিল কাঙ্
শা-ঙা কুমীনচিংবা
তিল কাঙ্বু ওইরুরে।
উচেক-রায়াগী মপোক্তগী
যণ ইরোই শগোল শামু
মখোয় অসি ওইররে।
মখোয়গী মপোক অসিদি
মীগী মপোক নকলক্রে
কৃষ্ণ সেবাদা ভেংবাংলে।
শা-যণগী মপোক লোইরগা
মীগী মপোক্তা পোক্লরে।
মীওইবা মপোক হায়রবসে
অতাঙ্বা মপোক অমনি।
কৃষ্ণ নীঙ্বা য়ারবা
জ্ঞান লৈরবা মপোক্লি
ইন্দ্রি শুরবা মপোক্লি।
অতোপ্পা মপোক অমনা
কৃষ্ণ নীঙ্বা ওমদেদো,
কৃষ্ণ! কংবা ওমদেদো।
মরম্ অসি লৈবনা
কৃষ্ণ ভজন চৎহৌসি

কৃষ্ণ নামবু শোলহোসি
সাধু সঙ্গ তৌহোসি।"

বৈষ্ণব রাজ প্রহ্লাদগী
মরূপ ছাত্র ময়ামদো
"মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদ,
কৃষ্ণদা রত্তি লৈজদে
ময়ামগী রাত্থ তাবদা
"মরুপ মপাং পুম্নমক,
চাউনা হায়বা ওয়রোই
কর্ম্ম জ্ঞান তপ যজ্ঞনচিংবা
লাইবক করা কনানা
কৃষ্ণ কৃপা ফংহনা
অচৌবা পাপপু কোক্তনা
কৃষ্ণ প্রেমবু ফংহনা
মুক্তা শিরোমনি ফংলবদা
রাংনা থাজহৎহনা মাবু
পূজা তৌকম ওইহনা
কর্ম্মী জ্ঞানী খিখিরা
অখোয়বা নাপলগী রাঙাংনি
বৈষ্ণবকী পদধুলিবু
ভক্তি তৌবা কৌদেয়ে
মচৎ য়ায়া কত্রবা

বাহৈ নাচোম তাবদা
মথা তানা হংজয়ে—
জগৎকী মায়ানা খুম্বা
করি উপায় তৌগনি?"
ভকত্তরাজনা হায়খিয়ে
অথুপ্পা রারম লৈখিয়ে,
খজিক্কং শয়া হায়জগে
ভক্তিদা অপনবা পীবনি।
সাধু সঙ্গ তৌবদগী
মায়াগী থৌরি করুরি
মমল নাইদবা মহাধন
ফংঙাইবা শরুক ফংনরি।
দেব দেবী পুম্বনা
জগৎ সংসারগী অখোইবা
তাইবং ঈপাক লানরি।
'ঐ মুক্তি ওইয়ে' হায়বহ
মনানা হৈমাং শাবনি।
কোক্তা হাপত্রবা, মখোয়দো
অশেংবা মুক্তি ফংদেয়ে।
অহৃগুবা পাপী অহৃসু;

ঐকান্তিক ভক্তিদনা সাধু হেক্তা মওইএ।
মরম অসি লৈবদগী বৈষ্ণবকী মহিমাবু
ঐনা হায়বা ঙম্লরোই ঐনা থাবা লোইররোই।
ঐনা হায়জগদবা হায়ববু নিংথিজনা তাবিয়ু—
ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষ মখোয় অসি থাদোক্তুনা
কৃষ্ণ ভজন চৎলসি সাধু সঙ্গ তৌরসি।
ধর্ম্মা ধর্ম্মী নাইদনা দেবদেবী থাদোক্তুনা
মপুরোইবা নিংবী মতৌগুম হরি মাবু নিংলসি।
মরোল অহুমগী মচুংদা লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক
অরেম্বা সংসার ঙাক্তনি কান্নদবা পোৎমক্তনি।
কৃষ্ণ ভক্তি লৈত্রবা মহাক অচুম্বী পুনসিদি
লৈখা তানা তোনখরে মাগা মান্নবা লৈতরে।”
প্রহ্লাদগী পাউতাক তাবদা ছাত্র ময়াম অচুনা—
“মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদ অখোইবা তত্ত্ব তাকপিরে
কৃষ্ণ ভজনবু হেনবা অতোপ্পা অমা লৈবরোই
ঐখোয় লোইনা য়াজরে। অচুম্নদি ওইরগা:
রারম্ অমত্তং লৈরিয়ে বিচার মুম্না তৌদ্রনা
অমুক্তা শন্দোক্না তাকপিয়ু— হৌজিক্তি অঙাং ওইরিদো
হয়েং অহল ওইরগা হরি ভজন চৎপবু
করি দোষ লৈবগে? করি থোইনা কায়রোইনা!”
ময়ামগী রাহং তাবদা ভক্তরাজনা থুমলকই—
কৃষ্ণ ভক্তি হায়বসে অচম্বা মীনা কংদেরে,

লাইবক ফবা কনানা
তাঙ্না ফংই থঙ্বিয়ু
কনাগুম্বা অপঙ্বনা
স্পর্শ মনি ফংলগা
ঙসি মচু লৌররোই
হয়েং কোম্না লৌরগে
হায়বা রাকম অসিবু
লৌবা য়াবা ওইগদ্রা ?
কৃষ্ণ ভক্তি হায়বসে
স্পর্শ মনিগুম্বনি
স্পর্শ মনি হায়বদো
লুপা থোকউ থোকপনি
সনা থোবউ থোকপনি
মানা শোকপা ধাতুদি
সনা লোইনা ওনবনি
গুণ চেনবা ধাতুনি।
মীওইবা ঐথোয় নখোয়না
কৃষ্ণ সেবা য়াবা দেহ ওইচুনা
হরি ভক্তি ফংলবদা
করিগী লৈনগনি লৌবদা
হৃদি লঙ্গে মঙ্গুংদা
মচু চেৎনা থমগনি।
মরুপ্ মপাং পুন্নমক
মীওইবগী পুনসিবু
কুইনা পুনসিন থনবিয়ু।
ঙসি শিনি পাউচেন্দে
হয়েং শিনি পাউ পীদে
শিবগী মতম কচ্ছেদো।
নহ ওইরি শিহৈরোই
য়াবা রাকম নত্তেদো।
ঐথোয়না শিনবা য়াদেদো
লাইনা তম্বা নোংদমনি।
কৃষ্ণ ভজন কোনগে
নহা ওইরি হায়বসে
অপঙ্বা মীগী রানিদো
অশিংবা মীনা হায়দেদো।
নহা ওইরি থল্লিরৈঙে
হোরেল হয়েং ঙাইরিঙৈ
কাল কৌবা লাইচুনা
মঙুং মতম চাদনা
গ্রাস ওইনা পুদুনা
পতন ওইরবা মতমদা
নিংঙমদনা তোকনি
উপায় করি লৈহোরোই

হোরেল হয়েং ওাইদনা
লৈত লাইর খায়দনা
কৃষ্ণ ভজন তৌহৌসি
ভক্তি রস হায়বসে
ঐগী ইষ্টনি নিংবনা
মাগী মনাইনি নিংবনা
মাবু স্বরূপনি নিংবনা
নপুরোহবমাক্ত নিংবনা
মসিবু মশক খংদ্রবা
লিলানচিংবা পুন্নমক
মতা অসিবু খঙলবা
মহাও মশক খঙবনি
মতুংগী খুদম হায়জগে
মওং হোংলবা পোৎশকা
রসগুলা হায়বসে
শঙ্গোমদা হৈ মহৌ হাপ্লগা
ছানা হায়বা রসতা
মরু মরাং হাপ্লগা
চমৎকার ওইনা মহাওরে
ভক্তিরস অসিসু
মাগী মহাও অতুনা
তাইবং ঈপাক অসিদা

অলেজালে তৌনা
ওসি কৌব ভ্রমন্ত্র'
সাধু সঙ্গ তৌহৌসি
মখল মখ' শুবনি
সন্ত রস কৌবানি,
দাস্য রস কৌবনি
সখা রস কৌবনি
মধুর রস কৌবনি।
নাম ধাম রূপগুণ
রস মুন খঙদৌ।
খম থেঙবা অঙকপা
রস স্তান লৈবানি ;
মওং তোংদ্রিব পোৎশকা
মহাও কদৌঙৈ মায়দে।
শঙ্গোমদগী শেম্বনি ;
ছানা হেক্তা মওইরে
চিনি এলাইচিনচিংবা
রসগুলা শেম্নবদি
শঙ্গোম্না চমৎকার ওইদরে।
অয়াম্বদা তৌয়দি
মায়াগী উপাধি কৌক্তুনা
ঈরাক্রমে খঙবিয়ু।

মীওইকগী পুন্সিদা
লম্ফাংনবা অইবংগী
অরা ঈরৈ চন্দ্রিদৈঙ
অতোপ্পা চিন্তা লৈত্রিদৈঙ
থম্মোয় য়াম্না শেংলিদৈঙ
সিদগী হেনবা মীওইবগী
মতম তাঙ্গ অসিদা
বিঘ্নি হায়বদো লৈতেয়ে
সুংদা লাইরিক হৈবগুম
কেশর মরম য়োরবাদ
মহৈ তম্বা হোৎনবা
ময়ুম মাইকৈ পানদুনা
জয় পরাজয় কৃত্তিদা
অহনগী মতম ওইরগা
বিঘ্নপক্কা মঙাইরে
বুদ্ধি লৌশিং চময়রে
হিংলি হায়বা মঙায়রে
মরম অসি লৈবনা
কৃষ্ণ ভজন তৌবনা
বৈষ্ণবরাজ প্রহ্লাদগী
করিসু করিসু থওত্রিবা
কৃষ্ণ প্রেমবু ফংদুনা

ভজন তৌনবগী অথোইবদি
নিংবা কায়বা ইথাক্তা
মন্নিং মথা তৌরিদৈঙ
রাখল লম্ফাংত্রিদৈঙ
নহা ওইরিদৈঙ মতমনি।
অতোপ্পা মতম লৈতরে।
কৃষ্ণ ভজন চৎনদি
অপনবা খিবিক লানথোকএ
কৃষ্ণগী অনুরাগ কোকঙমদে।
থৌ য়াম্না চিন্নরে
মরল তানবা লাকবা
মচা মগুগী রাখল
কৃষ্ণ ভজন ঙমদরে
অমুক হেম্না রাখরে
ইন্দ্রি পুম্বা চোকথরে
নাম শোনবা ঙমদরে
অশিবগা মান্নরে।
নহা ওইরিদৈঙ মতমদা
অথোইবা মতম ওইবনি
কৃষ্ণ ভজন পাওতাক্পা
ছাত্র ময়াম পুম্নমক
মুক্তা পরেং য়ানবগুম

মিৎলু পিরাং শিন্থনা
হীক্লা হীক্লা কপচরি।
কৃষ্ণ প্রেম ঈপাক্তা
বৈষ্ণব রাজ তাউজরি।
মুংঙাইবা পান্দম লৈতনা
খোঞ্জেন অমত্তা ওইদুনা
ছাত্র ময়াম অদুনা
ভক্তরাজগী মফমদা
থাগৎ রাহৈনা হায়রকই—
"হে বৈষ্ণব, নঙগা ত্রিভুবনা
মীনা তানবা ফংদ্রবা
তখোইবা জ্ঞানবু ফংলরে
অশেংবা সরূপস্তু নহাক্লী
লমজিং গুরুস্তু নহাক্লী:
তাইবং ঈপাক লানবিবা
হিরানবিবস্তু নহাক্লী।
নহাক্লী মপোকসে ধন্যনি"
অসি রাহৈ হায়দুনা
প্রহ্লাদবু কোন্দুনা
হরি নামবু শোন্দুনা
লৈনা লৈনা জগোই শাই।
মাগুদা প্রহ্লাদ ভুংদা ময়াম
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা
লৈনা লৈনা জগোয় শাই।
বৈষ্ণব রাজগা লোয়ননা
মুংঙাইবা ঈরৈদা তাওখরে।
হরি সংকীর্ত্তণ ধ্বনিনা
আকাশ পটাল নিনখরে।
শণ্ডামর্ক গুরুনা অরাপ্পদা
হরি ধ্বনি তাবদা
থমথেংনা শাউদুনা
খোংকাপ লাওনা থাংদুনা
মকম অদুদা চেল্লক্লে
খোদোক পুম্বা উররে।
ছাত্র ময়াম অদুবু
রৈ চৈবা হোররক্লে—
"হে অঙাং মচাশা।
করিনো নখোইনা তৌরিবসে
লাইরিক পাগেদি হায়দনা
অপীবা খবক্তি তৌদনা
করিগী অদুম্বা তৌরিবা?
কনানা তাকপী নখোয়দা
কনা থামজে হায়দুঙায়
চৈর চৈর হেল্লক্লে।

হন্না হন্না খান্নগা
প্রহ্লাদ কৌবা অঙাংসে
মানা মকোক ওইদুনা
করিনো নখোয়না শোল্লিদো ?
নাম অসি শোনবনো?
মকম কদায়দা তমলকই?
নিংথৌগী য়েক্লবা হরি নাম
মালেমদা মন্না মাঙজনি
প্রতাপ বীর নিংথৌনি
মানা তৌনিংদা তৌবনি
কনানসু খাম্বিরোই
হে অপঙবা অঙাংশা
য়েক্লবা থবক অদুবু
লম হেন্না তৌরদি
অসি খঙনা চৎলুনা
নখোয় ময়াম আসনা
ঐবুসু কাংজেন ওইদুনা
অসি হায়না চৈদুনা
গুরুগী য়াদু তাবদা
কিবনা য়াবু ঙাংদনা
নিংখায়রবা পনবু
পরুবা ময়াম পুন্নমক

করিগী লম হেন্নিবা !
য়ান্না মখোং হক্করে;
ময়াম্বু অঙাওবা শেমলেনে
কনানা নখোয়দা তাকপীদুনা
কদায়দগী খংলকই
তাকপিদে হায়নি খঙউহে,
পুক্লিং চংনা শোল্লিদ
অকাল মৃতুনি খঙউহে,
মতিক মঙন লৈবনি
হাংকে তুপকে মনিংনি
খাম্বিনবসু লৈরোই।
মপা ওইবা কনাগী
মচা ওইবা মহাক্না
অরাবা শোয়দনা তাবনি
করিগী অদুক লমহেল্লি !
অসুম্বা থবক তৌরদি
শিবা তারে শোয়দনা।"
পরুবাশিংদুবু য়ারকই।
ছাত্র ময়াম অদুনা
তুমিন তুমিন লৈজরে।
খিংবা ঙমদবগুম ঊশিংপনা
ঙাংজে চৈজে হায়দু ঙাই

কৃষ্ণ প্রেমবু কাউদনা
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোঞ্জরি ।
মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ
মীংকী পারাংগা লোয়নবা
ঐগী রারক রাতেমদা
মীংতা পি শিন্থনা
অসি রাখল খন্দুনা
প্রহ্লাদনা চংথুনা
মচা ইবুঙো প্রহ্লাদ!
পুক্নিংদা শঙ্কা তৌবিয়ু
নঙবু মুংশিন্থনা তৌবনি
অসিগুম্বা থবকসে
নিংথৌ মচা ওইবগী
ধর্ম্মনীতি কায়দনা
মীথোই মীহেনবা ওইনা
পাবুংগী য়েক্কবা হরিদো
শিবগী নামবু শোনবিয়ু
গুরুগী পাওতাক তাবগা
নোক্নিংবা মতৌ ওইখরে
খুম্বা কৌবদি মরৈতে
সনাবু মৈদা চংলগা
প্রহ্লাদকী হরি ভক্তি
চৈর চৈর লংখরে

পুক্নিং অনি লোঃদনা
প্রহ্লাদ কৌবা বৈষ্ণবনা
প্রাণনাথগী খুয়াদা
আত্মা সমর্পন তৌরকই ।
অকিবা রাখল খন্দুনা
কপলবনি অঙাংসে,
শণ্ডামর্ক ওজানা
সহানুভূতি উৎলকই :—
ওজাগী নাক্তা চংলকই
করিগী হিক্রা কপকনি!
নখোয়বু মুংশিন্দুনা ঙাংবনি ।
মতুংদা অসুক তৌরদু
ইপা ইপুনা চংলগা
রাজ ভূকপু চাথুনা
মুংঙাইনা ঈনো লৈবিয়ু ।
মাগী নামচু থাদোকউ
শিবগী ভক্তা ওইবিয়ু ।
বৈষ্ণবরাজগী পুক্নিংদা
ঈশিংগা থাউগা ওনখরে ।
ওজাদা ব্যবহার কায়জদে
সনাগী মগুণ মাঙ'হন্নুম
বৈষ্ণবরাজগী হরিপ্রেমা
ঙাংল ঙাংল হেনগৎখে ।

# প্রহ্লাদ হাৎনবা শিনবা

আবেষ্টিতো মহাসর্পৈশ্চন্দনঃ
কিং বিষায়তে॥

মতম কৃইনগী তুল্লা
মচাগী মখক উরক্ত্র বদা
হিরণ্যকশিপু নিংথৌনা
মচাবু উনিংহুনা
রাজদূত থাদুনা কৌরমই।
শণ্ডামর্ক গুরুগা
পরুবা মরামগা লোয়নবা
নোংমগী অয়ুক অমদি—
মপাবুং মহারাজগী
রাজদরবারদা
কাইদ কাইদ লাক্লমই।
রাজ দরবারদা তিল্লবা
অওম অপো মরাই মশক
পুরমক্তা
মপাব নাইত্রবা অতিরাবা
থবাব মিচাক মরক্তা
নিংথিবা থাজবা ভানথোইবগুম
মরামগী মিরোং ওইরবা

খোৎলবা নোৗরবা সুংশিরবা
মিৎকম হোংবা য়াত্রবা
ভক্তরাজ প্রহ্লাদবু
চাখোকদবগুম য়েংলমই।

করিগুম্বা
ময়ামগী মিৎনা য়েংবদা
তুমশিনবা য়াবা পোৎ ওইরম্লবদি
মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদসে
খুদক্তা তুমশিল্লমগনি।
আকর্ষণ শক্তিগা লোয়ননা
সিংহাসন্দা কমলম্বা
হরিণ্যকশিপু নিংথৌত্থ
মচাগী থাজ মাইথোং উবদা
কল্লম্বদগী হৌগৎলক্লে।
মোমোন মোমোন নোক্তুনা
মচাবু শংত্রিক য়েথক্লে।
মুনা য়াসি লৈরবা
শংবানবা কুচু
কজররা শকক্সদা
সনা হেরা মণিমুক্তা
রুৎলবা আত্তরন,
কল্লপ তোৗরবা থবাক্তা

মনিহারনা ভানথোইবা,
খোংবোপ খুদোপ খুজিতাল
পূন্নমক লৈতেংহুদা
গজরাজ খোংথাংদা লাকপদি
পূর্ণিমাগী থানিন্না
পৃথিবীদা লৈতানা চৎপগুমই।
লৈবাক প্রজা পূন্নমক
লৈজবা শেং চাহুনা
রাজদরবার অহুদা
নিক নিক চোন্না পৈহুনা
মিৎকম হোংবা য়াদনা
'ফজে ফজে' শোন্দুনা
পরেং পরেং নাইহুনা
অচৌ পিশক থ্যাইদনা
মকম চানা কমনরি।
তুংদা লেপ্পা কাংবুনা
থুনিং কাংনা য়েংনৈদো
সভা ময়াম অহুনা
ভক্তরাজবু থাগৎনৈ।
প্রহ্লাদ কৌবা বৈষ্ণবনা
মীনা থাগৎলি হরাওদে
মীনা চৈরে রারোদে,

অথোয়বা নাপল লৈতেদো
লাংতক্লবা য়াওদেদো
প্রাণনাথ ওইরবা
মবুংঙো কৃষ্ণ চন্দ্রবু
পুক্লিংদা স্মরন তৌদ্রনা
মপাবুং নাক্তা য়োঁয়ক্লে।
হয়াও ভুজংবগা লোয়ননা
মপাবুং মহারাজনা
মচা ইবুংঙো উজবদা
খুৎলাম তোয়না থত্তুনা
"ইপাগী ইবুংঙো মুংশিবা
ইপাগী থরাই ওইরিবা
ইপা নাক্ত চংশিল্লকউ লাও ;
বাপু !
ইপাগী তম্পাক্তা পমগে লাও
নঙবু পম্লে হায়রগা
ইপাগী থরাইসে ইংলগে।
ইচাগী
মুমিৎ শিংবুম য়ামলক্লে।"
অসি হায়না মচাবু
মতম্পাক্তা পমথৎলি
অদুগা

মাইথোং থম্বাল অদুবু
হন্না হন্না চুপচরে ।
মকোক মনম মশাদা
তোয়না তোয়না নানবিরে ।
অথেংবা ভাবোকী কুম্মৈমনু
মপুং ফাবা ওইথরে ।
নিংথৌ মনাই খিবিরা
দাহ শঙ্গোম মাখন
শেম্পাক শেম্পাক পূররে
তিল্লিবা সভা অপুম্বা
লোইনা থুংনা য়েনথরে ।
পূন্নমক পূনপেন পেনথরে ।
চাবা থকপা লোইদুনা
হরিণ্যকশিপু নিংথৌনা
মচাবু চিংনা য়েংলগা
হায়রকই—
ইপাগী ইবুংঙো-প্রহ্লাদ !
করি করি বিদ্যা তম্লবগে !
নিংথৌ মচা ওইনা পোক্লবদি-
ধর্ম্মনীতি রাজনীতি
খোৎখোৎপা
খণ্ডবা
ইয়া য়াদেদো ।

ধর্ম্মনীতি তম্বর',
রাজনীতি তম্বরা,
ধনুর্বিদ্যা হৈরত্রা,
থাং-তা
খোশারোল
কয়া য়াম্না হৈরগে ?
লৈবাক ঙাকপা শুমলত্রা ?
হায়দ্র ইপাদা থুপ্তুনা
নঙনা তমলকপা
খোংখোংপা।
নঙগী গুরুস্থ লাকইদো
তম্মিন্নবা পুম্বস্থ য়াওরেদো
অমুক্তা থুমউ ইপাদা।
মপাবুং মহারাজগী স্নায়াখিং তাবদা
ভক্তরাজ বৈষ্ণবনা
মথুং জুর তৌদুনা
"পাবুংগী য়াথং ফংলবদি
হঙ্গৎচগে চরন্দা
পুক্লিং চংনা তাখিয়ু॥
পাবুংনা তাকপিবা
ধর্ম্মনীতি
রাজনীতি

ধনুবিদ্যা
খোশারোল
জয় পরাজয় কংহুনা
পজেং ফীরাল থেত্তুনা লৈবাক ঙাকপা
পূম্নমক,
কৃষ্ণদা রতি লৈত্রবদি
অরেম্বা বিদ্যা ঙাক্কনি।
পাবুং মহারাজ।
কৃষ্ণ ভজন তৌবিয়ু
তাইবংগী সুংঙাইবা
রাজ বিষয়গী সুংঙাইবা
করিবু কাম্নগদগে ?
কৃষ্ণদা ভক্তিবু লৈত্রবদি
সনা লঙ্গে
লুপা লঙ্গে
রাজ সম্পত্তি
কাম্নদবা ঙাক্কনি।
অদুগা
কৃষ্ণদা ভক্তিবু লৈরবদি
তপ তৌবা
তীর্থ চৎপা
সুংঙাইবা সম্পত্তি মঙইরে।

ভক্তি লৈত্রবা মহাক্তি
ললোনবা লাকপা মপোকসে
শেল্লেপ মাঙ্‌হনা তোকনি
ধন সম্পত্তি
মচাক মরল
পুত্র ধারা
মচা-মশু
সনা-লুপা
ঐগী নত্তবা মরম্না
ঐনা শিরবা মতমদা
পুহনা চংপা য়ারোইদো ।
লাকপদস্থ য়াওরক্তে
ইতোম্মতা মরাইকই
করিস্থ করিস্থ পুরক্তে ।
অহুগুম্না
হনখিবদস্থ
করিস্থ করিস্থ পুদনা
ইতোম্মতা হনখিনি ।
অরেম্বদা নাপল কাহুনা
ঐগী মাগী নাইহুনা
থৎন-চৈন তৌবিস্থ
পাংলিবা মীৎ অসিনা

উইশিনখিবদা
করিস্থ ওইদ্রে সংসারসে ।
মরম অসি লৈবনা
সাধু মৈষ্ণব খিবিক্লা
কৃষ্ণ ভজন ভৌনরি
বিথ্রিগী মশক্লি খন্দুনা
ময়ুম মকৈ থাদোক্তুনা
বন্দা চত্নুনা লাইনিংঙি ।
মরন অসিনা
পাবুং মহারাজ !
কৃষ্ণ ভজন চৎপিরু
মায়াগী ঈপাক লানগনি ।
অপঙবদা পাউতাক পীবা
মাঙনবদা মওইরে ।
লিন্দা শজোম পীথকপা
হুগী ময়াইদা মহেল্লি ।
মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদগী
পাওতাকসি তাবদা
সনাগী ভাংবল মথক্তা
ঙানথোইরিবা নিংথৌদো
যমগা পাংথক ওইরক্লে ।
মমিৎ অনি অহুনা

মৈগী মতৌগুম ঙাঙ্দুনা
মথা ক্রক ক্রক চিক্কুনা
অশাওবা লুত্তোন কাদুনা
মশা থক থক নিকলক্লে।
নিংথৌগী অশাও শকক্ষম উবদা
সভাদুদা তিল্লিবা মীয়াম্
মন্ত্রী লৈরিবা
লোইনথমইল য়াওরিবা
খোৎখোৎপা
কিবনা
থক থক থক্ নিকলক্লে।
প্রহ্লাদ কৌবা বৈষ্ণবতি
কিবা কৌবা লৈতেয়ে।
মরোল অহুম মপুনা
ঙাক শেল্লিবা মনাইবু
কনানা অৱাবা পীগনি ?
রাখল লৈত্রিবা অঙাংনা
সমুদ্র শিংকে থৌরাংবা
হিমালয় ফুকে লাক্লবা
মদুগা
অজানি।
ধর্ম্মনা মরাই চাগথরকপা

মতম মতম অহুদা
শাইওনবিবা
হরিনি।
অফোঙ্‌বা মূর্ত্তি লৈতনা
অউবা জগৎ শোম্লবা
হরিনি!
অহাংবা অতিয়াদা মালং মুংশিৎনা উদবগুম
উহন্দনা উরিবা
লৈতনা লৈরিবা
মনাইবু ঙাক্লিবা
হরিনি।
মসিদি খঙ্‌দবনিনা
হরিণ্যকশিপু নিংথৌনা
অশাওবনা মাঙ্‌দা খা
মুংশা মপী হোন্দুনা
'হাৎলু হাৎলু' হায়তুনা
মচাবু লাক্তুনা লংখোকএ।
"মপা ঐনা য়াদবা
ঐগী য়েক্লবা নামবু শোল্লি।
মপাগী চৈরাকস্থ কিদবা
হায়না হায়না খৌওইদবা
লমহেনবা

মীকিদবা
পোকচবগী কান্নদবা
য়েক্লবা ইচা থম্লোই।”
হিরিণ্যকশিপু কিংথোগী
ব্রজগুম্না কল্লবা খোঞ্জেল
অহাঙ্বা আতিয়াদা
লবুক্তা
লমহাংদা
চীংদা-মান্দা
খোম্থাং ওইনা শম্লোকখে।
মমিৎ কোরী কাদুনা
থমোয় কায়বা খোঞ্জোক্তা
‘লম হেনবা অত্তাংসে
বলিচুক্তা পুন্দুনা
থাংলেন থাংকক অমুক্তা
মাগী মগুক কক্তুনা
য়াইবী মথাই লৌথোকউ’
অসুম্না
মোংকম য়ারেক খোঙ্গান্দা।
ভূত প্রেতনা লাউবগুম
কম্না লাউরে নিংবোদো।
বজ্রশিংজং লৌয়নবা
নোংথাক খোঞ্জেল অহুনা।

তিল্লিবা সভাদা ভারম্মে ।
মিকুপ, অমগী মতুংদা
তিল্লিবা সভা অপুন্বা
অন্না ইরৈদা লুপথম্মে ।
মিৎয়্যা ভরং লাইজবা
চরৈ ফিজি চোৎমরে,
পামুই পামুই শোন্নমি
মপুক মতুং অহুদা,
মচিন থোকপমি ওঝদে ।
বন্দা চাজবা শজিবু
পাম্বনা শরাক তম্বদা
শল্লূপা করি তৌপনি ?
নিংথৌ য়াথং কংবদা
মী হিংচা য়াইতম্বা
নিংথৌ মনাই অকনবা
অকি শক্তম্নবা
মথোয় অহুম য়ম্নিনা
থাংখুমদগী শত্তোরকবা থাংশাং
খুতুম চেৎনা পায়দুনা
খিন্দনা হোত্তোরক্লে ।
লংলে হায়বা থাংশাংলো
মখুত্তা চেৎনা পায়দুনা

য়েন্দেম থরাক শোইবগুব
অমুক ককপা থাংকক্তা
কেল্লসমু মওংগুম
য়াম্বয়ক্লে লুরেন্দা।
হয়িনা কম্না শেম্নবা
অচানবা মনাই ওইবনা
প্রহ্লাদ কৌবা অঙাংদো
থাংনা য়ানবা চংদয়ে।
মীহাৎপা 'ময়াম চংদুনা
হম্না হম্না য়াঙৈ'দু ঙাই
থাংককক্ষম অদুদা
থাংগী মমিকাও ত্তাদয়ে।
প্রহ্লাদদি শোক্কে
থাংগী ময়াদি কোল্লে
মম্না ত্তারে।
কয়িনো কয়িনো শোম্নরে
অঙকপা মতৌ ওইনয়ে
ওম্ম্বোকপনি ওম্বোকপা!
ছুচুংবা মতৌনি
মশানা মশাদা য়ানজয়ে
মতোম মতোম শিজয়ে
ভক্তরাজদি শিবিদ্রে।

মতৌ অদু উবদা
তিল্লিবা সভা পুম্বদো
ওকপগী পান্দম লৈখিদ্রে।
ওকপগী পন্থং য়োংহুনা
হরিণ্যকসিপু নিংথৌনা
ভক্তরাজবু য়েংহুনা
অসুম হায়না হায়রকই
কনাদগী তমলকপা
করি মন্ত্র হৈদুনা
করি বিদ্যা খণ্ডহুনা
কনানা ভাক্তুনা লৈবনা
থাংনা য়ানবা চংদ্রিবা!"
"পাবুং মহারাজ!
পোকপা শিবা লৈতবা
লেঙদবা মাগী মায়াতনা
জগৎপু কোইরৈ লৈহনবা
শ্রীহরিনা ওাকপনি।
শ্রীহরি হায়বসে
জগৎ শেম্বা মপুনি
পুম্নমকপু শোম্বিবা মহাক্নি।
জীববু হাৎপনি খল্লিবা
জীববু মাঙলে নিংলবা

অনিমক
অরানবা ঙাক্তনি
চুমদবনি।
হাৎতে শিদে মহাক্তি।
পাবুং মহারাজ।
সিবা, ব্রহ্মা, দেব দেবী
পুম্নমক্না
ফংঙমদবা হরিনি।
থুৎলায়নস্থু চংঙমদে
মৈনস্থু চাকঙমদে
ঈশিংনস্থু থুমঙমদে।
অরেঙ্‌বা শকওনবা
জীবস্থু নত্তেয়ে।
মানা ঐবু ঙাকপনা
থাংনা য়ানবা চংদবনি।
মরম্‌ অসিনা পাবুং মহারাজ!
অতোপ্পা বিদ্যা তমজরোই
পুক্লিং অদু ফাবিয়ু
হরিনাম শোনবিয়ু।"
প্রহ্লাদগী রাঙাং তাবদা
হান্না শাউরম্বা চাংদগী
শরুক চামা হেন্দুনা

মখোং কয়া থিন্দুনা
মনাইশিংবু য়েংদুনা
‘অয়াংবা চৌংগী চীংদোন্দগী
চপ্ য়ুংবা লোকচপ্তা
থাধদুনা হাৎলুহে
লমহেনবা অঙাংসে’
নিংথৌ থৌদা পীরক্রে।
নিংথৌ য়াথং ফংবদা
মতু শোনবা শক্তিবু
নোংশারেল্লা ফাবগুম
প্রহ্লাদবু
মশা শাগল লাকুনা
নিংথৌ মনাই থিবিক্লা
চিং চিংদুনা পুথরে।
অতিয়া পক্লা য়াংলবা
থাদা য়েংথবদা
ভুজংবা পোক্লবা
অদুক য়াংবা চৌংদোন্দগী
থ্বাইদগী কনবা অকনবা
নিংথৌ মনাই অদুনা
থুৎচাবী লৈতুম পায়দুনা
চীংথা তয়া হুনবগুম

প্রহ্লাদবু
চেৎনা পায়দুনা
উড়ু ড়ুড়ু লৈরগা
লোকথারোমদা হুম্বরে।
তেরা মোম্পাক মথক্তা
মমানা মচা শুম্বগুম
মালেম পৃথ্বী মাতানা
বৈষ্ণবরাজবু কনবিরে।
ভক্তরাজগী দেহেদো
ভুবুম অমা তেকতেম্নো।
নিংথৌ মাইথোং লাংশিল্লি।
লিম্না চিকপগী হিদাক লৈ
অনাবা থুদিংগী হিদাক লৈ
মবুক থল্লিডৈ কৈরেলম্ব
জীব কনা শোক্তেরে।
ফত্তবা মী য়েংনবা
হিদাক লৈতে সংসারদা।
ফত্তবা মী অদুনা
ফত্তবা থবক তৌরগা
মাইথোং মকা লামজৈদো
মনাইশিংবু য়েংদুনা
তম্না হায়রকই—

"ঐগী য়েক্লবা ইচা থগোই
ঙসি কোরৌ হুমিত্তা
মাগী য়াইবী লোৌগদবনি
চৎলু !
মৈরী কম্না চাকপা
মৈতাল মন্নুংদা
হুম্বতুনা হাৎলুচো,
মতুদা শিদ্রে হায়রগা
মঙক্তা—
চাউরবা মুংহুম পুন্দুনা
সমুদ্র ঈ-য়াইদা
লংথতুনা হাৎলুচো
অরেম্বা
কান্নদবা অঙাংনি ।
মাবু পোকউবা মরম্না
পুক্লিং অাস পোথাদ্রে ।"
নিংথৌ য়াথং ফংবদা
মীগাৎ মীপুন তৌরিবা
মনাইশিংতুনা
অাগ্নিকুণ্ড শেমতুনা
অচাকপা মৈন্নুংদা হুন্তিরে ।
উদবা ঙাক ওইথোক্তবা নত্তে

উরুবা ভাক্ত অচুম্বা নত্তে।
মনাই বৈষ্ণব লীলাসে
তাইবংদা উহন্দুনা
খঙহল্লিদো হরিনা—
মৈরী থোক্ল চাক্লবা
ভাংলবা শৈ-মৈতান্দো
উল্লেনবুদি ওনহল্লে।
প্রহ্লাদ শিবা লৈতরে।
মৈদা শিত্রবা মতুংদা
মঙক্তা হুংহুম পুনাশিল্লে,
সমুদ্র ঈ-য়াইদা হুম্বরে
শিগত্রা মনিংই,
শিদে।
ভক্তরাজনা,
সমুদ্র ঈ-য়াই অত্থুদা
মবুংঙো প্রাননাথবু
থমোয়দা চেৎনা কোন্দুনা
স্মরন তৌরকই—
"হা গোবিন্দ ইবুংঙো!
ননাইদি
শিবগী রাজদে
হাংকনি হায়বস্থ কিজদে,

মনাইগী প্রার্থনা হায়ববু—
অন্তকালগী মতমদা
ইবুংঙো
হে দয়াময়,
নঙগী নামবু কাওহনবিগনু
অমুক্তা
দর্শন পীনবিয়ু।”
মনাইগী প্রার্থনা তাবদা
মনাইবু দর্শণ পীবিরগে'ছুনা
মনা ফিগে থোক্লবা
ত্রিভঙ্গ মুর্ত্তি
উৎপিরক্লে।
মনাইগী ভক্তা পুল্লিবা
চাউরবা মুংচম অদু
ঈশিংদা তাউহল্লে।
ভক্তরাজবু চেৎনা কোল্লগা
রক্ষা তৌরক্লে হরিনা।
মনাইবু চিংনা য়েংলগা
“হে বৈষ্ণব,
প্রহ্লাদ!
নংগী অপাম্বা বরদু
ঐ পীগে

নিজরো
করি বর পামই ?
শগোল শামু পাম্বরা,
নিংথৌ ওইবা পাম্বরা,
সনা লুপা
মণিমুক্তা
হী-য়াই
নঙ্না পাম্বতা নিজরো
করি চিংনগনু
নঙ্না পাম্বতা হায়রু
কৃষ্ণ ঐ লৈরি
ঐনা নঙ্বু রক্ষা তৌগনি।"
প্রহ্লাদনা
মথুং অনি লোয়না
ভক্তিগা লোয়ননা হন্নংচৈ।
"হে প্রাণনাথ,
দয়ানীধি,
কৃপা সিন্ধু !
দীননাথ ওইরবা
ইবুংঙো
ননাইবু দর্শন পীবিবা
পোকপগী মহৈ য়ানজরে

ইন্দ্রপদ পীগে ওম্বা
ব্রহ্মাপদ পীগে ওম্বা
জগৎ কার্ত্তানি
জগৎকী মপুনি
ননাইনা খঙ্‌জৈদো।
ননাই করিস্ পামজদে.
রাজধন,
পুত্র ধারা,
করি'মতা পামজদে।
মখোয় অহু ফংলগা
মীওইবগী য়েক্লবা ওইরবা
নাপল হায়বহু লাক্লনা
কৃষ্ণ ভক্তি কায়গনি;
ননাই ঐনা পামজবদি
চরন কমল অদুতনি।
হিংচাবা মপোক্লা পোক্লনা
তুলসী পত্র অমত্তং
হৈ অমত্তং
লৈ অমত্তং
ঈশিং খুয়া অমত্তং
কৎপা য়াদবা মপোকসে
ননাইনা নীঙ্‌বা থুংহরে

সেবা য়াবা দেহ'মতং পীনবিয়ু
যুগল পাদ সেবা ফাল্লগে
ননাইবু সুংশিবিদুনা
মর পীবিগে হায়রবদি
ঐবু পোকপা পম্মোয়ে
অমুক্তা
লানবিয়ু।"
মনাইগী মপাউ তাবদা
কুবিরমায়ে ;
চেৎনা কোনখৎয়ে ভক্তবু
তাকপিরক্লে—
প্রহ্লাদ!
নঙ্গী দেহেসে
কৃষ্ণ ঐগী য়েহেল্লি
অয়াবা,
সুংঙাইবা,
লৈরিবা ঐগী শরুকসে
নঙ্গী শরুক ঙাক্তনি
নঙনা নীঙবা থুংজরো ;
নঙবু পোকপা লিংথোক্লে
লানবিরগে,
নিজালয়দা হল্লো

রেঙ্গা হিংচা কিরুবু
নঙ্‌না লৈবা মকমদা
নঙ্‌না চৎপা মকমদা
ঐ লৈবনি।
অসুম্না
মনাই প্রহ্লাদবু
পুকমেন পাওমেরুরম্লগা
বৈকুণ্ঠদা
হরিনা লেঙ্‌খি।
নিংথৌগী মনাই অপুম্বা
প্রহ্লাদ ঈশিংদা শিত্রবদা
নিংথৌদা থিজবা তমলুরে—
"মহারাজ ইবুংঙো।
নুং ঈশিংদা তাউখৎলে
শিবা কৌবা লৈজরে
প্রহ্লাদ কৌবা অঙাংসে।
করি তৌজৌ হায়রবগে?
করম তৌজৌ হায়রবগে?
সনা রাথং তাকপীয়ু।"
পাউ অহ্ তাবদা
রাথল লংজিন কাওত্তমদে।
শুহাক রাথল তৌরগা

অসুম হায়না হায়রক্লে—
অদু ওইরবদি
ইনাইশা !
মাউৎ তন্না কৌখৎলু
শামু শংদা চংদুনা
খ্বাইদগী চাউবা অকনবা
শামু চামা পাঙ্গনবা
লাঙ্গোইরেনবু পুথোক্লগা
নেখায়দুনা হাৎহল্লু ।
মদুনসু ভমদ্রগা
মল্ল ময়াম কৌথোক্তুনা
মওং থিনা হাৎহল্লু ;
মদুনসু শিদ্রগা
ব্রাহ্মণ ময়াম কৌখত্তুনা
মহা যজ্ঞ থোৱাংলগা
মীহাৎ থিনা হাৎহল্লু ।”
যাথং অসি তাবদা
থীন্দ্রে
মনাই ময়ামদো
থোৱাং পুম্বা লোইখরে।
নিংথোন হায়বা পুম্বা
থোরম পরেং কায়দনা

মথং মথং হোৎনরে—
শামু শংদা চংহুনা
শামু চামা পাঙ্গলবা
মীখোল তাবা য়াদবা
য়াঙ্গোইরেল
ফীঃ ফীঃ
কাম্না খোরক্লে।
খুমাং অনি অড়ুনা
চাউকান চাউকান কান্দুনা
প্রহ্লাদ তম্না হোৎচিনখ্রে।
হুকুম পীবা মাউৎনা
লোইরো হায়বা ইঙ্গিত্তা
কাটি লাংশোয় থারকলে।
মউৎকী ইঙ্গিত অড়ুনা
থাঙবা য়াম্রে লাঙ্গোইরেল
লোইরসন্থু মতাঙুম
য়োৎশুক য়ারেল অনিনা
ভক্তরাজগী দেহেদা
কম্না কম্না থিল্লক্লে।
ওম্ভোকপনি!
বৈষ্ণবকী গুন্না হেনবনা
য়োৎশুক য়ারেল অনিদো

থম্মৌ তেকপগুম তেক্লেদো
মমৈথংদদি
লাঙ্গোই শামু অঙাওবা
ভাব তারে—
'অচম্বা অঙাং নত্তেনা
কৃষ্ণগী মনাই বৈষ্ণবনি।'
লাম্বা য়ারোই থঙ্হনা
ভক্তরাজগী মফমদা
লাল্লে হায়বা মতাগুম
থুমাং অনি কুম্থরে
শাংলা চাউর কল্লবা
মনাত্তোন অহুনা
বৈষ্ণব রাজবু কোনখত্তুনা
মনঙ্গন্দা তোংহল্লে।
অউবা পুম্নমক্না
করিনো করিনো শোল্লৈ
য়েংবদা পুমগুক গুল্লৈ
মিপাইনৈ
হয়াও তুজুংনৈ।
মতুনস্থু শিত্রবদা
মল্ল ময়াম্ কৌথংলে।
মল্ল ময়াম্ অহুনা

'ঐনা হান্না হাৎকনি,
ঐনা হান্না হাৎকনি,
ঐহাক মণ্ডক খদৎকে,
ঐহাক মকোক থুগাইগে,
ঐ হেক্তা লোইশিনগে,
মথং মথং চংলকলে ;
প্রহ্লাদ মনাক য়োৌবদা
ব্রাহ্মোং মশক উবদা
তাঙজ লিনগী
মহূ ময়াই চম্বগুম
মল্ল ময়ামদো
করিন্থ তৌবা ঙমদনা
মপুম খিত্না মতোকই ;
প্রহ্লাদ হাৎপা ঙমদরে ।
মদুগী মতুংদা
ভক্তরাজবু হাৎনবা
ব্রাহ্মণ ময়াম কৌদুনা
মহাযজ্ঞ তৌখরে ।
মন্ত্র পরীং খীদুনা
যজ্ঞ বিধি কায়দনা
হৌগৎলকপা মক্তদা
যজ্ঞগী মৈ চাক্তুনা

ব্রাহ্মণ লোইনা শিখরে ;
প্রহ্লাদদি শিদরে।
ব্রাহ্মণ ময়াম শিরবদা
বৈষ্ণবরাজ প্রহ্লাদনা
কৃষ্ণদা শরনাগত তৌজরে—
“হা কৃষ্ণ ইবুংঙো !
ব্রাহ্মণগী হকচাং হায়বদো
ইবুংঙোগী দেহগা অঙ্গানি।
করিস্সু লৈতবা ঐগীদমক
ব্রাহ্মণ ময়াম শিবসে
ননাইগী অরাবা ওইরেদো,
অমুক্তা কৃপা তৌবিয়ু।
কৃপা তৌবিরোইদবা লৈর'দি
অগ্নি কুণ্ডদা চোংথদুনা
ননাই য়াইবী থারগে।”
মনাইগী য়ারা তা'দা
মনাইনা খুদুম চনবনা
মনাইবু কৃপা তৌবিরে
ব্রাহ্মণ লোইনা হিংগৎহল্লে।
ভক্তরাজ পেনজরে।
মনুঙ্গী অথুপ্পা রারোলসে
হরিন্যকশিপুদি খঙ্‌দেয়ে।

মহাযজ্ঞদস্থ শিন্ত্রবদা
শায়োকশংদা য়োক্লিবা
মহূ কল্লবা তাংজরেল
অমত্তা রাস্তনা চিকহল্লে'
প্রহ্লাদগী মশাদা
হূগী ময়াই চমখরে
করি অমুক হায়গনি।
প্রহ্লাদ চিকে খোয়কপা
মহূ কল্লবা তাংজ
মপৈ মপৈ
লৈরাং পরেং ওনখরে
মতৎ মত্তৎ ভৎখরে,
করিস্থ কাম্নবা লৈতরে।
অস্থুম্না
হিংচারক্কগী অখোইবা
হিরণ্যকশিপু নিংখৌনা
মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদবু
থুদোংথিবা কয়া পীহুনা
হাৎনবা হোৎনরকপা
পুম্নমক
অরেম্বদা তারবদা
করি পতি লৈজ্রহনা

মমৈথংদদি
কয়াধু
মমা মহারাণীগী মক্ষমদা
রারক রাতেম্নবা থাখরে।
সতীলক্ষ্মী অধোইবী
কয়াধু
মহারাণীনা
মচাগী চেংলৌ উবদা
তরং লাইজ ঈহৌনা
থম্মোয়:শোক্না কপ্তুনা
মচাবু কোন্দুনা
অচিকপা কাদা পুশিল্ল !
'শিরুরবা ইচাবু
অমুক হন্না কংজরে'
অসি রাখল থন্দুনা
নোং খোংবগুম কপলক্লে
অমস্নং
মচাবু
মুথ চুম্বন তৌদুনা
হায়রকই—
"ইমাগী ইবুংঙো
প্রহ্লাদ !

মীতুংশি খঙ্‌ত্রবা
তমখিরবা নপাবুং মহারাজনা
ইচাবু
করাদা অরাবা পীরবা।
ইমানদি
নারী জন্ম
মুপীগী মপোক্তা পোকপনা
তুমিন তুমিন কপ্পা নঙনা
করিসু তৌবা ঙমদেদো।
ইবুংঙো!
নঙ্‌গীদমক্তা ইমানা রাবদি
করিদা প্রমাণ তৌগনি?
ইচানা ধর্ম্ম কায়দবনা
হরি মানা কুহিবনি
নঙ্‌না মঙ্গল ওইবনি।
ইচা শিবা য়াদরি
নঙ্‌গী নহুৎ শিন্দুনা
ইমানা
য়াইবী অসি মাঙ্‌খিগে।
চিংনগম্বু!
প্রহ্লাদ!
ইমানা পাগদবা বরদি.

হরি নামবু কাউগনু ;
রাখল লম্মুরুগনু
কৃষ্ণ ভক্তিবু হেনবা
সংসারদা
অতোপ্পা কল লৈতরে ;
থম্মোয়দা চেৎনা থমজিল্লু
কৃষ্ণনা সহায় তৌবিনি।
নিংথোগী দক্তিনা
হিংচাবশিংনা
নঙবু হাৎকে হোৎনবা
মখোয় লোইনা মায়থিরে
করিসু তৌবা ঙমদরে।
ফজ্রবা নপাবুং মহারাজনা
নঙবু রারকউ থারকপা
হাই ! হাই !
অরাবনি অরাবা !
হিংচা পুকচেল ওইবনা
ফিজিগী মণি ওইরবা
শংগৈগী থাউমৈ নহাকপু
মুথৎকে হায়না থোরাংলে।
বিষয়গী হু চাবনা
অক-কত্ত থঙদনা

বৈষ্ণব ওইবা ইচাবু
হাৎকে থুজিল্ল তৌবদি
কুইরয়োই
নরক্তা লেপ্পা তারনি।
মচৎ ফত্তবা
ধর্ম্ম য়াওদবা হায়বসে
কুইনা পুক্সিবা হৌনদে
মাগী মতম লোইরনি।
ইমাগী ইবুংঙো,
মুংশিবা !
ইমানা তাকদবা হায়ববু
থমোয় মন্দির মন্থুংদা
ভক্তিগী আসন মথক্তা
কৃষ্ণ মূর্ত্তি লিংথুনা
পুক্নিং অনি লোঙ্দনা
মীৎকী পিরাংগা লোয়ননা
আত্মা সমর্পন তৌবা
কাউগনু
হরিনা রক্ষা তৌবনি।"
অসুয়া
মুংশিবা মচাদা
বেদগী রাবু পুথোকলে,

সাধুগী মত লৌতুনা
অমৃতগী মশক ওইরবা
ভজনগী পাউতাক পীবিরে।
মত্থগী মতুং অত্থদা
মচাবু স্নান তৌবিরে
হরি মন্দির ঙমজবা
তিলক ধারন তৌবিরে।
তরা চাক পীজরে
হীরামণি হৎলবা
সনা ফীগে শেৎপিরে
নিংথিবা আভরণ থিবিক—
মনম মুংশিবা
পুষ্পমালা
মনিহার
কীরিতী কুণ্ডল
শিবিরে,
হাপ্পিরে।
মন মুগ্ধ
পুক্নিং শুমহৎনিঙাই ওইরে;
জগৎপু শুমহৎনা ফজরে।
কৃষ্ণগী কৃপা ফংলবা
মচাবু মমানা

মমানা মচাবু
চিংনা চিংনা য়েংজৈ
মোমোন মোমোন নোকমিন্নৈ

## হিরন্যকশিপু লানবিবা

তবৈব ভক্তস্তবৈব শত্রুঃ।

মতম খরগী তুংদা
হিরন্যকশিপু নিংথৌনা
মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদগী
অশেংবা পুক্নিং খঙ্নিংহুনা
মনাই মশন থাহুনা
তন্না কৌথংলে মচাবু।
কৌথংখি্রবৈ খুদক্তা
অসুম্না শোঙ্গৈ নিংথৌনা ঃ—

হিরন্যকশিপু ঃ—ঐনা হায়বা ইন্দ্রবা
য়েক্লবা নাম শোল্লবা
মহুগীদমক্তা মাবু ঐনা
হাৎনবা কয়া তৌরিবা
পূন্নমক মহৈ য়ান্দ্রবদা
ঐনা মায়থিবা ফংলবা

ঐনা পোকপা ইচাদিকো
প্রহ্লাদ কৌবা অভাগসে!
ইচানিনা মুংশিয়োই ভমদে
য়েরুবা ওইনা মরু ফুরিংই।
অদুবু ঐমা ভমজবা থবক
অতোপ্পনা পাওঁ থোকখিবদা
ওক্লিংঙাই লৈতে কমিন্দু।
থেমছুনা কয়া নৌছুনা কয়া
ঐনা হারকপা ভমজবা,
থাংদা মৈদা ঊশিন্দা
মাবু লোইশিনখে হোৎনবা
করি অমত্তা মহৈ যাত্রবো
ঐগী কয়াধু মহারানী,
লৌশিং-চাউবী রাবক চেৎপী
রাজব্যবহার কায়দবী,
মানা প্রহ্লাদ হারকপা
শোয়দনা মহৈ যাম্রনি
ইচাগী পুকচেল হৌংলনি
ঐগী নীঙবা থুংলনি।'

মতম ভাঙ্গা থৌরিঙ্গুনা
মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদ

মপাবুং মহারাজগী মাক্তা
মরু নুক্না চংলকই
মচাগী চেংলৌ উবদা
সনা তাঙ্খল মথন্তা
মথুং অনি তন্না তিং
খুংলাম তোয়না কৌয়ক্লে

হিরন্যকশিপু ঃ— বুদ্ধি লৌশিং চাউরবী
নমা মহারানীনা নঙ্বু
রাজনীতি ধর্ম্মনীতি তাকপীদুনা
ঐগী নাক্তা থায়রক্লবনি।
চংলকউ চংলকউ প্রহ্লাদ,
ইপাগী ইবুংঙো চুংশিবা
ইপাগী থরাই ওইরিবা
ইপাগী নাক্তা চংলকউ লাউ।
হৃদিদা ইচাবু থমদুনা
ইপাগী অরাবা লৌথাগে।"

রাহৈ অসি হায়দুনা
মচা ইবুংঙো প্রহ্লাদবু
মথুং পায়দুনা চিংশিল্লে
য়েংওইননা কপখল্লে।

মখুং খুংশা চরোংনা
তোয়না তোয়না নানবিরে

হিরন্যকশিপু ঃ—ইপাগী ইবুংঙো মুংশিবা !
ইপানা হায়বা ইল্লুকো
ইপাগা মুরুবা তৌগনু
লঙ্গৈগী সনা-রূপা
শগোল শামু লৈরিবা
রাজ সম্পত্তি পূম্নমক
নঙ্না পাম্বতা হায়য়
ইপানা শোয়দনা পীগনি ।
মতুদগী হেন্দোকপা
হীও য়াইও কোম্নবা
রাজমুকুট লৈরি
নঙ্না পাম্বতা পীগনি
থরাই য়াওনা শোল্লিবা
নহাক্কী হরি হায়বদো
ইপাগীদি য়েরুবনি
মহাক্না ইয়াম্বা হাংখিব'
লমন শিংগে থনবদা
পোত্থাত্রিবা রাথলনি
কয়ারক হন্না নংঙোন্দা

রাফম অসি হায়রবনি।
ইপাগী য়েক্লবা ওইরবা
নঙ্গী হরি হায়বদো
মঙ্দা ফাওবা নীঙগনু
ঙসি কৌবা মুমিত্তগী
ইপাগী রারবা থমোয়সে
অমুক্তদি পোত্থাগে।"

মপাবুং য়াথং তাবদা
ভক্তরজে বৈষ্ণবনা
মথুৎ অনি লোম্লনা
হঙ্গচ্চরে নিংথৌদা—

প্রহ্লাদ ঃ—পাবুং মহারাজ। তা বিয়ু—
অফবনি হায়ত্নুনা
নচা ঐঙোন্দা তাকপীবা
সাধু সঙ্গ-লম্বীদা
ওন্নতৈনবা ওইথরে
লৌবা য়াবা ওইদরে।
পাবুং মহারাজ!
হরিগী য়েক্লবা ওইবিনু
হরিগা মুক্লবা তৌবিনু।

প্রান ইন্দ্রি পুমমক
হরি য়াওত্রবদা দেহদা
লৈয়্ হায়বা য়াদেদো।
হরি য়াওত্রবা হকচাংদো
পোলাং ওইনা তাহুনা
হূয়-লমহুই কয়াগী
চানবা চিঙ্গাক ওইচুনা
অরেম্বদা তোকপনি ;
ইন্দ্রিগী মুংঙাইনবতা থনবদো
কান্নদবা রাখলনি,
কন অমগী মঙ্গংদা
পাইখিগদবা থরাইনি ;
হরি ভজন তৌবিয়ু।
হরি ভজন চত্রবা
জগত্তা কাপুরুষ কৌইদো,
শিরগা নরক্তা মতারে
জগৎনা মাবু শিংথাদে
বিধিনা ওইওইনৈ।
সংসার যাতনা কংহুনা
রোগ শোক কংহুনা
মানা নিংবা থুংদেয়ে।
মীওইবগী অরাবরু

মায়াগী জালনা কুপ্পনা
তাইবং জীব ঐখোয়না
মুংঙাইবনি খঙ্গুরি।
অবিদ্যা মায়া কোবীসে
হরিগী মনাই মুপীনি
মাগী থৌরীনা পুনবনা
মুংঙাইরবা বৃষ্ণ ভজংগী
রস পুম্বা কাউহল্লি।
মরম অসিনা পাবুং মহারাজ!
লৈজবা পুম্বা থাদোক্তুনা
হরি ভক্ত ওইবিয়ু
থৌন্দনা ধর্ম্ম চেনগনি
লেঙদবা শান্তি ফংগনি।
ফত্রবা পুকচেল থাদোকপীয়ু
সংসার বিষয় থাদোকপীয়ু
অচুম্বা লম্বী চৎপীয়ু
অহিং মুংখিল অনিমক্তা
ঐকান্তিক ভজন তৌবিয়ু।"

প্রহ্লাদগী পাওতাক তাবদা
মৈ থোক্লা শাউরক্লে
প্রলয় মুংশিং শিৎপগুম

মুংশা মপী হোনখরে,
হুমাং মরাক মরীক্লা
স্না হকচাং চোৎখরে।
প্রলয়গী ঈরাওখোল হৌরক্লে
খেক্লা য়াক্লা লাউরক্লে—

হিরন্যকশিপু ঃ—হাই! হাই!
করিস্নু লৈত্রবা উৎ
শাগৈগী মৈতাল অশিবা!
হায়র হায়র লমহেনবা,
নঙ্ গুম্বা করিস্নু লৈত্রবা তুমিৎনা
নিংথৌ ঐগী মায়োক্তা
ঐগী য়েক্লবা হরিবু
তোয়না তোয়না পনবশাই,
ঐগী প্রতাপ্ খঙ্ হনগে
নঙক অদু থত্তুনা
যমালয়দা থারগে
নঙ্ না নীঙ্ গদবা নীঙ্ জরো
নঙ্ না শোনগদবা শোনজরো!
নঙ্ গী হরিবু কলহল্লু।"

নিংথৌনা জাল কৃষ্ণ থাংশাংদো

থাংথুমদগী শত্তোকই
থুহুম চেৎনা পায়থৎলি
য়াম্বরগে হাইগৎলি।
য়ানগে তোবা য়ানভমদে
মপুক্লিংদা খল্লকই—

হিরন্যকশিপু :—অভাং অসিবু করিনো ?
থাঙ্না য়ানবসু চঙ্দবা !
মঙক্তা সুংহুম পুন্দুনা
সমুদ্র ঈয়াইদা লংথবা
চীংথাদা থাদবসু শিদবা
মৈহুংদা হুনজিনবসু চাক্তবা
মাগী মশাদা করিগুম্বা
জালকৃষ্ণ থাংশাং চংত্র'দি !"

'সুম খল্লুবদা নিংথোদো
থাঙ্না য়ানবা ঙমদরে
মপুক্লিংদু কন্না কা
অমুক হন্না হায়রকই—
হিরন্যকশিপু :—ঙাইথো ঙাইথো প্রহ্লাদ !
ঐ রা'মা হংগে
শেংনা থুমউ থুপকনু

অসুক য়াম্বা ইপাগী
প্রজা কনা'মত্রনা।
হরি ভজন তৌদেদো
নঙ্ নতোমতনা
হরি ভজন তৌরিবা
ইপানা মত্ন' তাখিবা
মতুমক্তনা মরুম ওইদুনা,
নঙ্না ঐগী য়েক্নবা ওইদুনা
নঙ্গা ঐগা মুরুবা,
করম্বা ওজানা তাকপীরমো
কনাগী ফত্রবা খোইনশিন্না ?
প্রহ্লাদ :—পাবুং মহারাজ! তাবিয়ু
হৃষচ্ছগে চরণখাদা—
কৃষ্ণ ভক্তি হায়বসে
মতিক চাউবা ভক্তিনি
সাধুগী কৃপা নত্তনা
ফংবা ঙমদে কনানা
লাইরিক্না থাদুনা লৈরিদো—
অচম্বা জীব কনানা
ফংবা ঙম্বা নত্রেয়ে,
ভাগ্য লৈবা মপোক্না
ফংঙমদবা ফংহ্নরো।

কৃষ্ণদা রতি লৈববু
তাইবং কনানা ভম্বগে ?
অয়ুক নুংথিল মতমদা
বিষয়গী রাখলদা তাউদুনা
মরল তান্দুনা মতোকই
নুমিদাং ওইর' মতমদা
পুন্সি তংখায়'মদি
তুমদুনা মতম হৌখরে
করিস্থ তৌবা নংদনা
জীব পুন্সি লোইদুনা
সাধু সঙ্গ ভিলহৌদে।

হিরণ্যকশিপু :—ঐনা নঙ্গী নশাদা
অস্তক যাম্না লাকৃবা
দণ্ডি কয়া পীদুনা
নঙ্বু হাংকে থোরাংবা
পুন্নমক অরেম্বদা তাহল্লি,
কশেং তশেংনা খুমউ
কনানা নঙ্বু কনথমা
নঙ্মা শিবা লৈত্রিবা ?

প্রহ্লাদ :—তাবিয়ু পাবুং মহারাজ !
মীওইবগী ইকচাং থুদিংজা
শীনবা থুংনা লৈ হরিনা।

মানা মানা নীঙ্‌জবা
মহুদা মাস্থ লৈবনি।
মনাইগী ৱারবা মতমদা
হরি মানা ঙাকপিয়ে।
পাঙ্‌না পাঙ্‌না উথিবিন্থ
সুঙাইবা মীওইবা মপোক্লি
ৱাখল অদু ফাদুনা
হরি ভজন চংপীয়্ ;
ব্রহ্মানা ফংদ্রবা মপোক্লি
রাজ সম্পত লৈরিবা
সনা লৈঙ্গ ৱূপা লৈঙ্গ
হরি মানা শাউরক্লবদি
মিকুপ্তা লোইনা মাঙ্‌গনি।
পাবুং মহারাজ!
ঐবু কনবদি
হরি মানা কনবনি।

হিরন্যকশিপু:—হাঃ হাঃ হাঃ, নোকপু নোক্লিংই
হরি মানা পূম্নমক ওইরবা!
ঐগী হকচাংদস্থ মা য়াওরিবা!
অদুদি হায়্য় প্রহ্লাদ!
নঙ্‌গী হরি হায়বদো
কদায়দা লোত্তুনা লৈ।

প্রহ্লাদ ঃ—তাবিয়্ পাবুং মহারাজ ।
শ্রীহরি হায়বসি
জগৎ শিন্থুংনা লৈবনি.
জগত্তা জীব' পুম্নমক
মাগী মশক ঙাক্তনি
জগৎ জীবগী মপুংদা
থরায় ওইনা ঙাম্বোইরি
সভাগী মপুংদা
আত্মাগী মশক্তি ।
মাগী মতিক মগুণবু
বেদ শাস্ত্রনা থাওমদে ।
মাদি ব্রহ্মানগী তীন ফাওবা
শিনবা থুংনা লৈবনি ।

হিরন্যকশিপু ঃ—অদু ওইরবদি প্রহ্লাদ
তাইবংগী মপাল ওইরবা
সভা নাক্তা য়ুংলিবা
লিক্লাই য়ুম্বী মপুংদা
নঙ্গী হরিহু লৈবরা ?
য়ুংলিবা য়ুম্বী মপুংদা
নঙ্গী হরিহু লৈর'দি
নঙ্গী রাহু থাজগে

নত্রবদি............ ;

প্রহ্লাদ :—পাবুং মহারাজ ! অচুম্বনি,
ওইদবনি খনবিগন্থু
হরি হায়বা অহুদি
মফম শিন্না লৈবনি
য়ুম্বী মন্থুংদসু মা লৈ।

শাউবগী ঙমখৈ লাল্লবা
হিরন্যকশিপু নিংথৌনা
অরেপ্পা খঙ্গে হায়দুনা
জাল কৃষ্ণ পায়দুনা
লিক্লাই য়ুম্বী য়াল্লুরে।
হন্না হন্না য়ানিবদা
মতুপ্ অনি থোকখরে।
অঙকপগী মতৌনি
ননাইনা খুৎহুম চনবনা
হরি চংদুনা লৈরুরে।
লৈরম্বা মুর্ত্তিদো অঙকপনি
হকচাংনা মীগী হকচাংনি
মাইথোংনা নোংশাগী শক্তমনি,
চোংথোরক্লে নরসিংহ মুত্তিদা।
পীক্লা উরম্মী অহানবদা।

লোন্তুনবু লৈরম্বা
কিব্ৰোরে ঐহাকসে !
'কদায়দা অমুক্তং উনগবা'
ঐনা রানা লৈরুবা
থিরুদনা ফংঙদো !
গুসি কোরৌ সুমিত্তা
নঙগী থরায় চুপ্তুনা
যমালয়দা থারগ ।
হিরণ্যকশিপু নিংখৌনা
হরি হাৎকে হায়দুনা
চাউর চান্ডুর লূম্নবা
সুং ফুক্কুনা হনলি
মুষল মুদগর হনলি
থাং-তা থুজু-থুলায়
হিংচাবা ময়ায়া লংঙকপা
চেকত্নুম সুংহুম লৈতুম
করিদা প্রমাণ তোগনি !
খুংলায়গী নোংচুথরে ।
কনথৎলক্লে লাজাওদো
মীগা লাইগা থেংনবা
হাৎলো তুপলো শব্দনা

পুমনিল নিংলে সতাদো।
হিংচাবশিংনা হুজিলকপা
মুষল মুদগর থাং-তা
চেকতুম হুংতুম লৈতুম
নরসিংহনা ওকই তাপ্ তাপ্;
খুংলায় পুম্বা ওক্তুনা
অমুক হম্না লংগুকপা
রাক্ষসশিংদা পান্দুনা
কয়া অমা শিরেদো
মতুদনা পেত্রবোই
পাম্ব কৈনা শল্লুপ চং
অফং অফং লাকপগুম
তান্না তান্না লাকউরে,
মণ্ডকশমদা পায়দুনা
খুদোংননা হায়গৎলি
মালেমদা তন্না থাদৈরে
থরোমালো ওনখরে
হিংচাবা কোঙ্গায় শিখরে
কোঙ্গায় অমা চেনখরে।
মতৌ অসুম তৌদুনা
হিংচাবা কয়া হাৎলগা।
ঐ খেংলবা নোংশানা

চীং চৌকঙী খোংবান্দা
মীজি শাউরি কংবদা
লেক্রা লাওনা ভুংহুনা
খজি কাগে চোংবগুম
হুছ ভুমি মথাইদা
থমগী পাংথক ওইরবা
ময়াসং পাঙলবা
চাংচিনথরে রাক্ষসতম
কৌমথরে অমিলক—
পাংখোম পাংখোম ভানরে
লোংগা খোংগা কাওনরে
লেংজুম লেংজুম ইমরে
থবাকা থবাকা থেংনরে
কোকা কোকা ভরুরে
কিনগা কিনগা খোমরে
থক থক ইমরে
শৎ শৎ কোমরে।
লৌরু হেনবা হরিনা
শামু মখোং ভমজবা
হনুমনি অহনা
রাক্ষস খাংদা চেৎনা কোন
খুকত অনি অত্থুদা

চরণ্না অমুক্তং কাওরগা
উরু উরু লৈদ্রুনা
অতিয়া তম্না পুখৎলগা
মালেমদা কন্না থাদৈয়ে।
কনখ্রবোইদো শাফুদো
হিরণ্যকশিপু নিংথৌদো
মকোক উরু উরু লৈদ্রুনা
অকনবা নোংলৈ মুংশিত্তা
চংবী লানা হায়বগুম
হায়রং হায়রং থাংলক্লে
তুরোই ওারোই তৌরক্লে।
প্রলয় মুংশিৎ শিৎপগুম
মুংশা মপী হোল্লরে
স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল অহুম্মক
লপত্রে হায়বগুম হায়রক্লে।
মদুগী মতুং অদুদা
লানবিরগে য়াখলনা
ব্রহ্মাগী বর কায়দনবা—
মালেমদা মোংকম ওইদনবা
দৈত্যরাজ মথ্বাংদা
শ্রীহস্তনা চেৎনা কোন
থুদোংবনা পুখথ্রে

মকৈগন্দ থোংখরে ।
হিরন্যকশিপু নিংথৌ !
রাক্ষসরক্তগী অথোইবা,
ফনা পাঙ্গনবা নিংথৌনি
লেঙবা য়াদ্রে হন্দক্তি
খংলাউ লাউবা খোঞ্জেলগী
চরমসীমা য়োৌহোদে,
মক্ষম মরাং খঙহোদে
দৈত্যরাজগী মবুক্তা
খুজিন তরা অহুনা
চংবী লারাক শেংপগুম
চেরেৎ লাউনা শেগায়রে
শিংলি নাওরি কোৎথোক্লে
মালা ওইনা থোনখরে ।
অরাবনি অরাবা !
চীৎকারনাদ, শব্দনা
লাইহিংচাবা হিংচাবী
পুন্নমক রাম্থখে
খোঞ্জেন ঈপোম অহুনা
গর্ভাবতীগী গর্ভ মাঙখে ।
চরন্না কাওবদা
সনজীং চীংদোন নিকখে

ব্রহ্মাণ্ড কাটাহ নিকখ্রে
মকম পুম্বা হাইখ্রে ।
চীৎকারনাদ শব্দগী ঈপোমদা
থাঙ্‌বা য়াদ্রে শিব ব্রহ্মা ইন্দ্র:
নয়নশিংহু উইশিন্না
স্তুতি কৎলি মবুংঙোদা ;
মনাক্তা চংবদি ঙমদরে
অথাপ্পদা লৈনরে !
লাইয়াম সভা থন্নরে,
বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা ওইরিবী
মাগী চরণ সেবা তৌরিবী
লক্ষ্মী মাবু কৌরুরে ।
নরসিংহগী অকি' মুর্ত্তী উবদা
লক্ষ্মী, নয়ন অনি উইশিল্লি
করিসু হায়বা ঙমজদ্রে
রা ঙাংদনা হনখরে ।
নরসিংহগী মতৌ উবদা
লাইয়াম সভা মিপাইরে
করম্নো করম্নো শোন্নরে
কনাদা হান্নসিগে থন্নরে ।
"মনাইনা খুড়ুম চনবা মপুনি
প্রহ্লাদবু স্তুতি তৌহনসি
মাতনা জগৎরক্ষা তৌগনি

স্মৃষ্টি পুম্বা ভাকনি”
মতৌ অসুম তৌনা
লাইয়াম খিবিক খন্নহনা
ভক্তরাজ প্রহ্লাদদা চংজরে
স্তুতি কৎনবগী হায়জরে।
ভক্তরাজদি কিবা লৈতে
নরসিংহ নাক্তা চংলক্লে
মমাগী মতম্বাক্তা
মচানা যমহুনা শান্নগুম
অকি অখঙ্ যাওদনা
স্তুতি হচরে মবুংঙে দা—

প্রহ্লাদ ঃ—হে প্রভু, দীননাথ!
কৃপা তৌবিয়ু অমুক্তদি
অশাও শক্তম হনজিনবিয়ু
লাই হিংচাবা পুম্নমক
অকিবা ফংনা য়ানরে
অমুক্তা শান্তি ওইবিয়ু
জগৎ রক্ষা তৌবিয়ু
ইবুংঙোনা অহুম শাউরগা
জগৎ স্মৃষ্টি মাঙ্বা তারে
অমুক্তদি ভগথবিয়ু।”

মুংশিদবনা ভাঙ্‌বদি
অফবা রা ওইহুনসু
ফত্তবা ওইনা মথোকই
মাগী রাহু লৌনিংদে ;
মুংশিবা মীনা ভাঙ্‌বদি
ফত্তবা ভাঙ্‌লরবসু নোকনিংই
পরিহাস তৌনিংই
ইমুংদা মমুংশি।
মাগী প্রেমান হায়ববু
অচম্বা শীংনা চাকপদি
অমম্বা মৈখু কাই
মনাক্তা কনাসু লৈনিংদে,
চন্দন কাষ্ঠনা চাকপদি
ধুপকী মনম মনমই।
ভক্তরাজগী রাঙাং তাবদা
মবুক নেমখ্রে হরিদো
অশাওবা শক্তম হনজিনখ্রে
মধুর শক্তম উৎলক্লে
ভক্তরাজ প্রহ্লাদবু
মতম্বাক্তা পমথৎখ্রে ;
মনাইগী মাইথোং চিংনা য়েং
মশাদা মকোক্তা

হন্না হন্না নানবিছুনা
মুখ চুম্বন তৌরকই,
শাগী শক্তম লৌরিবা
নরসিংহ হরিনা
হন্না হন্না লেকলক্লে
কয়া চান্না তৌবিরে।
মন্থগী মতুং তাবদা
মধুরবানী তাকলক্লে।

নরসিংহ ঃ—হে প্রহ্লাদ! নঙগুম্বা ভক্তদি
মাঙদসু ওইখিদ্রি
তুংদসু লাক্লরোই।
নঙগী হকচাংসে ঐগীনি,
করি বর পাম্বগে!
অপাম্বতা নিজরো।

প্রহ্লাদ ঃ— ননাইনা করি পামজদে
ননাইনা পামজবা হাম্ববু
ইবুংঙোগী সেবা য়াবা
দেহ অমা পীবিয়ু,
চরনগী সেবা ফংজগে।

নরসিংহ ঃ— ফংজরো ফংজরো প্রহ্লাদ!
নঙনা নীঙবা থুংজরো!
ঐনা হায়গদবা অমনা

 

নপাবুং মহারাজগী মহুৎশিন্দুনা
রাজ পদবী ফংদুনা
মতম কুইনা পাল্লকউ।
অহুম্নদি ওইরগা
ঐকান্তিক ভক্তি কাউগনু।
নপাবুং লৈত্রে ৱাক্লমু
নঙ্গী শাগৈদা চংদুনা
পোল্লখিনি মতম অমদা
ঐগী দাস ওইরখিনি।
মতো অসুম তৌদুনা
প্রহ্লাদবু থেমজিল্লি
রাজ অভিষেক তৌদুনা
নিংথৌ খুডম পীরম্লগা
জগৎকী মবুংঙো হরিনা
বৈকুণ্ঠদা লেংখিয়ে।
× × × ×

লোইরবা